কোঙজবী—বেবী উর্জ্জলা
কাকৈথেল্, ইম্ফাল



অহানবা যোঙবা ১৯৮৩
কোপী মশীং— ২০০০



নম্ফম— আর বি প্রিন্টিং হাউস
নাগা মপাল, ইম্ফাল

মমল— লুপা তরামঙা

# য়াওরিবা

| | মিং | ইখিবা |
|---|---|---|
| ৩৫। | থৱানমিচাক্কা কোঙ্গোল থিল্লবা | ... ১৯৮২ |
| ৩৬। | তুংশি ঙৈথৌ লাংলিবা | ... ১৭।৯।৮২ |
| ৩৭। | ৱাস্ত ঙ'ঙলরোই | ... ১৯৮২ |
| ৩৮। | মৈচাক নঙগী অকনবা | ... " |
| ৩৯। | কপথি ঐ কপথি | ... ২৭।৫।৮২ |
| ৪০। | পুন্সা পম্বুং য়োরমদাই | ... ৪।৯।৮২ |
| ৪১। | থম্বাল পাৎস্না পোম্বী লৈ | ... ১৯।৬।৮২ |
| ৪২। | পোইরৈ ঙমদমদি ঙমহুংশি | ... ১৯৮২ |
| ৪৩। | শায়োন্নকপী শিঙেল লৈপাকলৈ | ... " |
| ৪৪। | য়ারৌ শাদি শাদোমপোক | ... " |
| ৪৫। | পাথোংলৈ | ... ২৭।৬।৮২ |
| ৪৬। | থৱায় মচা অনী | ... ৩।৭।৮২ |
| ৪৭। | চেংলৌ হেনৌ হুজাদো | ... ১৯৮১ |
| ৪৮। | নীংশিংলকই হৌত্র মতমগী তুংশি ৱাহৈ | ... " |
| ৪৯। | ইকায়বা কংদুনা নীংবা কায়ৱবরা | ... ৫।৬।৮২ |
| ৫০। | তুংশি লাচিং অকনবা | ... ১৯।১১।৮২ |
| ৫১। | তাজনীংদে ৱারী অকল অথৌগী | ... ৮।১।৮২ |
| ৫২। | মোংকমদা নঙগী | ... ১।২।৮২ |
| ৫৩। | মিৎয়েংদি ঙাওবিনে | ... ১৯৮২ |
| ৫৪। | কনানস্ত খোঁওইবিদ্রবা | ... ২১।১১।৮১ |
| ৫৫। | অপাম মৈনা মৈরিথোক | ... ,, ,, |
| ৫৬। | হৈনাৗ মিৎয়েংনি ঐগী | ... ১৮।৪।৮২ |
| ৫৭। | কায়খ্রবা পুন্সী হিরেলগী | ... ১৯৮২ |
| ৫৮। | হুমংৎনীংঙাই ওইবা | ... ১৯৮১ |
| ৫৯। | তুংশিনবা কায়নবদা থম্মোয়সু কায় | ... " |
| ৬০। | মৈনৈ পোকপী পলেম | ... ১৯৮২ |
| ৬১। | চুখৎপীয়ু মৈরা | ... " |
| ৬২। | কৎস্বা পোৎশকনো নহাকসিবো | ... ৭।৯।৮২ |
| ৬৩। | তাইবং শেম্বা মপু | ... ২০।৪।৮২ |
| ৬৪। | অনৌবা য়াওল অনৌবা থৌৱাং | ... ১৯৮১ |
| ৬৫। | ঙাঁনিন্নীং পাক্ত পাকপা ঙপাক্ত | ... ১৯৮২ |
| ৬৬। | হুজাহুবু উরুবদা | ... ২।৪।৮২ |
| ৬৭। | পাম্মুপ্রেদা শরিশো | ... ১৯৮১ |
| ৬৮। | ফজবাগী মমোম্না নঙবু ফজবী | ... ১৭।১১।৮১ |
| ৬৯। | থম্মোয়গী স্বরনি নঙদি | ... ২৭।৪।৮২ |

[ তরেৎ ]

[ নিপাল ]

| | মিং | | ইখিবা |
|---|---|---|---|
| ১০৫। | পীস্নো বিদায় | ... | ২।৩।৮৩ |
| ১০৬। | ইযোম নঙবু শুংঙনবী | ... | ৬।৩।৮৩ |
| ১০৭। | শাৎলমখোকো কংলৈপুং ময়োলসিদা | ... | ৭।৩।৮৩ |
| ১০৮। | ঙসি ভারত থাউমৈ মুৎথরে | ... | ৩০।১।৪৮ |
| ১০৯। | হুংশিল্পবা পারি নাব্রা | ... | ১৯৮২ |
| ১১০। | য়োকখৎসি উমং | ... | ১৯৮১ |
| ১১১। | শংলো মথেল | ... | ২৭।৭।৮১ |
| ১১২। | উখি চেক্লাচাদো নোংমা | ... | ১৯৮১ |
| ১১৩। | চোং শঙ্কেনহা | ... | ,, |
| ১১৪। | কনান থাদনো করিগী হৌরিনো | ... | ৭।৭।৮১ |
| ১১৫। | পলেমগী খোম্লাং | ... | ১৯৮১ |
| ১১৬। | চিঙ্গাক | ... | ,, |
| ১১৭। | নাব্রানি পলেম তম্পাকথক্কী | ... | ১৯৫১ |
| ১১৮। | খোঙাও নঙগী তাদনবা | ... | ১৯৮২ |
| ১১৯। | বাংব্রাদি | ... | ১৯৮১ |
| ১২০। | তনিক তনিক থোকলি | ... | ১৯৮২ |
| ১২১। | উরনবা লৈকোনগী জগোয়সে | ... | ১৯৫৭/৫৮ |
| ১২২। | মালেম ইরৈমগী মমোমলোর | ... | ১৯৮২ |
| ১২৩। | মিংচৎ | ... | ১৯৫৭ |
| ১২৪। | ঈশিংগী পুন্সী | ... | ৩০।৯।৫১ |
| ১২৫। | হে ঈশ্বর ইবুংঙো | ... | ১৯৮১ |

• শৈরেং তরামুক নত্তনা অতৈদি স্বর পান্দুনা ঈশৈ ওইনা শকথ্রবনি অমস্তং রেকোর্ড লোথ্রবনি।

---

# খোঁজেংগী মঙলান

——0——-

## (১)

### পোনগী চেক্লা ১৯৪৩

চেক্লানি ঐহাক্তি ইশা পান্দুনা পাইজবা
অনৌবা নোংদমখোন্না পোন্দা লৈরে হৌজিক্তি
পুল্লে ইখোঙদা থংঙমদ্রবা য়োংহ্লিং কোহ্লোনা
চেক্লা শঙ্গু পাইবা উরগা ইমিৎসিনা
পোন্নুংদা চোংজৈ চেনজৈ ইতোন্নতা।
পাইগে নীংই শামান্নবী চেক্লালক্তা
পোন্না ঙমখৈ ওইখিবনা পাইঙমখিদে।
মালেমগী চেক্লা শঙ্গু চাক্তারিবা উমং
মনীংতৌনা চেক্লাশিংনা শান্নরিবা লমদমত্তুদ
পোনগী চেক্লা ঐস্নু শান্নরখিদরা মফমত্তুদা
শামান্নবী চেক্লালক্তা চাক্তারখিদরা উমংত্তুদা
পামজবা উমংদো ফংলরোইদরা মপোকসিমগী
পোন্না ওইরগদ্রা ঐগী পুন্সীগী ঙমখৈ।

নত্তে, পোন্না ঐগী পুন্সীগী ঙমখৈ
ওইবা য়ারোই, পোন্না
ওইবা য়ারোই পুন্সী ঙমখৈ ঐগী
হৌরকলি ঈথক অমা ইনীং তৌনা পাইনীংবগী
ঈথক্তুবু থিংবা ঙমলোই তাইবং কনানা
নোংদম্বা শাবনস্থ থিংবা ঙমলোই
খাংউথক্কী য়োংহিল্লংদি থৎপা ঙমনি লায়না
ইথিল কল্লবা চেক্লাগী পুক্নীংগী ইরৈনা
নোংমা নত্রস্থ নোংমদি পাইরখিনি শোয়দনা
পানজবা উমংদা চাক্তারখিনি শানান্নবী চেক্লালক্তা
ওইবা য়ারোই পোন্না চেক্লাগী পুন্সীগী ঙমখৈ।

(২)

# মালংবা

হেঃ মালংবা। হেঃ মলয়া! হেঃ নামিবা।
নু ঙাইহ্নিদকো নহাকসে।
তাইবংপানবা শীন্না থুংনা হুনহুনা
চাক্লবা কালেন থাদা ইঙলবা নু ঙাইবা
তাইবংমীওইবদা পীবিদো নহারা।
উপাল অমদগী উপাল অমা
উশা অমদগী উশা অমা লান্না হুম্মী
লৈকা ফন্না শাৎচবিবী শীঙেল নাক্তস্র
মিকুপ কয়া পোৎথাতুনা লৈথোকই।
নাওইবা ঐখোয়না ঙ্গৌবা ঙমদ্রবা
লাইজ ইপান কয়াগী ঈথক্কস্র
ওন্না থোইনা শান্নমিন্নবা ঙম্মা নহাক্তি।
লেম্নবা লোইবী চীংজাও কয়া কয়াদা
তিথৌনা কপ্পবা শংবান্নবা লম্পাক্তা
নীংঙাইদা যমতুনা লৈথোনই নহাক্তি।
চীক্লবা মফমদা শাবী শানৌশিংনা
নাপ চীক্লা ন্যংশি-ন্যুংঙন ব্লাবী শান্নজবস্র
লংনবা ঙম্মী নহাক্তি তানজা যেংতুনা।
খুঙ্গংগী শানৌশিংগী ইকায়থীরবী
লুনা থমজরিবী শাইনোন্দা হুমলুতুনা
নুজাশিংদা ইকায়বা পীবি নহাক্তি।
থেকনা খোয়না চেল্লিবী তুরেলগী ঈচেলনা

হৰাওনা নোকনা খেনা চেনজবসু
নোকমিন্নবা ঙম্মী ঙাইতুনা নহাক্তি।
শাৱবা কালেনগী নুংথিলগী নুংশাদা
লুৰবা ঈপাকয়ায়দা চাক্তারিবী ঙান্নু থঙ্গোংগা
লোয়ননা চাক্তামিন্নৈ শান্নমিন্নৈ নহাক্তি।
পলেম নমদা শান্নজরিবা চোং ফন্দুনা
অঙাং নাৱা কয়াদা লিরি হুমতুনা নহাক্লা
খোমলেন মিকপ তালহল্লিদো নুংঙাইনা।
নোংমদোন অতিয়াদা চীংলেম্না পাইজরিবী
লৈচিল মপৈ কয়া কয়াবুসু খঙহৌদনা
মায়গৈ শলাই খঙদনা হুমতুনা পুবি নহাক্লা।
চাক্লবা লৈকংলাগী লমদমদা চৎতুনবু
লৈঙোইগী ফজরবা নোংলৈ কয়াবু
হুমতুনা হুমতুনা শেমলুই নহাক্লা।

পলেম পম্পো লৈত্রবা মচাগুম লমহাংদা
ককঙাওনতুনা লৈরিবা হেঃ মালংবা
নুংঙাইরিনিদকো পুন্সী অসে নহাক্কী।
কুনজা কয়া চুপ্পা থিজরকপা মনীংতম্বদি
ঙইরমলে মালংবা নহাক্কী মপোক
নহাক্কী পুন্সীবু পামজরুরে ঐহাক্লা।
কল্লক-মিহো লৈতবা পুন্সীনি নহাক্কী
নুংঙাইবনা থল্লবা মপোকনি নহাক্কী
অশেংবা মনীংতম্বদি ফংলি নহাক্তনা।
য়োনীংবা লম য়ো চৎনীংবা লম চৎ
হে নামিবা! হুম্মু শিৎলু মালেম থুংনা
তাকপীয়ু অশেংবা মনীংতম্ববু নহাক্কী।

(৩)

## আশাগী হিরেল

আশাগী হিবেলদো লাকশিনখরে খঙহৌদা
তাইবং সমুদ্রগী ইবৈ অমদা
যেংলি তঙক তঙক ত্তোর্ব্বান্দা লেপতুনা
লৃপথ্রবা হিদা।

উরবোইদবা মমিদা করিগী ওইকরি
আশাগী পোৎথাফম
নীংজকবা পৃম্বা অবেম্বা ওইবমলে
নুংশি নৈচাক খাঙগদৌরি
পুন্সী চুপ্পা খাঙগদৌরি।

কাউগে হোৎনৈ কাউওমদে
তত্তনা উবি নুংশি মাখথোঙ
তওনা তাবি ওইন মীকৌ
কৌবি মিকুপ খুদিং পুংজা খুদিং
থম্মোযগী মবেম্মা নুংশিবী হাযনা
কোযবি ত্তোর্ব্বান থুনা।

মিববা খোঞ্জেল অমনা হাযবকখি
উবরোই নুংশি চেংলৌ উববোই
হন্দক মপোক্কী উববোই
নীংজকবা আশা থম্মোয মন্নবা তারেদো।

## (৪)

# অহীং মমৈ শাৎপী লৈ

অহীং মমৈ শাৎপী লৈ ইনুং মমৈ ঙানবী লৈ
শজীক থবা তুংইনলৈ শিঙ্গারৈ কৌবী শিঙেলও ॥
কুম্বী অতেনবা থম্নলৈ শিঙেল য়েন্নীং হুল্ললৈ
লৈরাংনা ফুগাইনা শাৎলম তাইবং পূক্নীং শুমহৎলম।
নিংথম অরাবা খাঙলগা ঙাইহাক পূঙ্গোয় লেল্লগা
নমু তাইবং মীওই পুন্সী লাইজথক্কী কোঙ্গোলনি
নোংলক্তা কুপ্পা নোংথাংনি লৈরাং নঙনা পাউতাকলম।
মালেম লৈকংথক্তা কেন্দুনা ওন্না থোইনা খাঙলগা
পুন্সী মতোল লোমখিবরু মীনম্বা তাইবংনি থনবরা?

পাম্মু কনা মশুংলাংম্মী লৈরাং নৌনা কেনখিবনো
নঙগী নতারোই লিকলানা লুপা অহীংবা মচুগুম
তনিক তনিক য়েংলম্লগা মতারোই শিঙ্গারৈ তুংইনখ্রে
কোরৌহনবনা উরনি নংহৌররোই মতানি
লৈরাং পুন্সী লোইখিবা কোরৌ মৈশা খাঙবা ঙমদবরা?

শিঙ্গারৈ কৌবী লৈরাংও নুংশিবী
তেল্ল ফজর পুন্সীদা নুংঙাইনা লেনখিবা উরগা
নঙগী চান্নবী ওইনীংলুইদো ঐনদি
কল্লক্তবা ঙমদেদো শিঙেলও নুংশিবী
কনা মকাদা য়েৎলমদা অপেনবা থম্মোয় পীরমদা
লৈরাং লৈমন চনখিবা ওইনা লমচংলা নঙগী
শিঙেল্লক্কগী লৈরাং নঙতরু পামজক্কইদো ঐনা।

ঐগী নুংশিবী শিঙেলগ শিঙ্গাবৈ কৌবী লৈবাংও
হায়খিদো নুংশি কুচুদি ৱারক্কী তয়ালবু ঙমজৈদো
অশৈবা মাগী ৱাবু লৈ অপাম নুংশি কুচুনদি
শিঙেল য়াইদবু চন ঙঙৌবা কুচুনা ইবোয় কোয়
পূকচেল অমকপা লৈতে উৎলম্ববা নুংশি মবাদা
কোরৌ মমাঙ থাখিবনা লূরবা থম্মোয় নঙগী
লেপথ্রবা পূক্লীং নঙগী তাকলম্ববা পাম্মু মকাদা।
শিঙেল নতো য়েংলুবদি লৈবাং লৈশক খঙলুবদি
নীংঙনদা খান্বী মৈনা চাক্ক্‌না লেনবা ঙাবে মপোকসিন্না
শিঙেল্লকুগী লৈবাং নঙতবু পামজকইদো ঐনা।

(৫)

# ঐদি লাইজ য়াওদ্রবা পাত্রনি

ঐদি লাইজ য়াওদ্রবা পাত্রনি
কংগ্রবা ঈচেলনি লৈকোন্দা নঙগী
কৌরকলে মরূপ মতম্না ঐবু
শেমিন্নরম্বা লৈকোলদো
মতমগী শারবা থুংশিৎনা য়েত্থুনা
কংগ্রে খঙহৌদনা।

নীংশিংলি হৌজিকস্থু থাখিবা ঐবু নঙনা
আশাগী উপাল ওইত্থুনা
থাজবা লাইজবু খিক্তুনা
করম্না খাঙগবা নঙনা
আশা পামেল কংবদা।
করম্বা ৱাখলগা লেনগবা নঙনা
মতমগী ইরৈনা ঐবু
নঙোন্দগী মুন্দুনা পুখিবদা।

মরূপ য়েংবা ঙমজরোই ঐদি
নঙনা মাঙবদো থুংশি ঐগী ৱাখন্দা
শোন্থকদে পূর্নীং অথোবা নঙগী
লাপল্লথ্রবস্থু নঙগা ঐগা
নঙগী ৱাখল চাউরবা
খাইবিরকপা ৱাখল পীক্লবা ঐগী
মপুং ফারে ঙসিদি
মরূপ পূকফবা চান্নথোইরবা
পীনবিরো থুংশি বিদায়।

(৬)

# করম্বা মঙলানচান ওইদুনা

করম্বা মঙলানচান ওইদুনা অস্নুক ঙন্না কাউগনি
মঙনা মমিত ওইরবা করিগী মুংঙাইরি উরগা
করিগী পোৎথানরি অচিকপদা ফমদুনা
মুংশি চেংলৌ লাৎলগা
মুংশি ৱাহৈ খোয়থুম্নবী
অঙাওবগী চোইরোল ওইরমলোই।

থিদুনা য়েংলু ফজবা থুপত থুপথ্রবা মফমদা
থম্মোয় নঙগী লনগৈদা নোংলৈ মুংশিং মরক্তা
ঈথক কয়া লান্দুনা খোইনীং খোঞ্জেলগুম
পাঙথ্রবী অমনা কৌজরে থম্মোয়গীদি মবুংঙো।

মীনাঙ থোক্কুনা লাউরুথ্রবস্থু
শিঙ্গারৈ লৈরাংনা কেনবগুম
মতৎ মতৎ ওইবা ৱাহৈনা কৌগনি তত্তনা পাম্মুবা
তাবদা ৱারবা খোঞ্জেলনি
শড়ীক শেনবুং মখোলনা
নমহৎপীখিদো থম্মোয় নঙগী বীণাদা
খোম্থাং য়োঁদরে খঙজরে।

করি য়েংদুনা হিংলসিগে নঙগী ঐগী ৱারীনা
কুমজা চামা চামগী তুংদা শাবী শানৌ কয়া কয়াগী
মুংশি লাইৱা ওইরবা মতম অদু লাক্লগা
হকচাং কায়াৎ মাঙথ্রবস্থু অনৌবা শক্লোন লৌদুনা
হিংলুসিনে অনৌবা মপোক অমদা।

(৭)

# ৱাকৎ

ঙরাং কৌবা নুমিৎতা
নুমিদাংৱাইরমগী কান্দুদা
নুমিৎনা চীংয়া থাংলকপা
তময়ানা কোরী চেল্লকপা
পস্থোগী লৈকোলন্নুংদা
মহৌশাগী ফজবা য়েংজরম্মী।
পাইরকলে চেক্লাদো খঙহৌদনা
লৈকোলগী উশা অমদা তোংলত্নুনা
চেক্লা পাউমেনজরকই—
হাদ মৈতৈ কবিও অথোইবশিং
চেক্লা ঐদি ৱারেদা
মৈতৈ কবিগী শৈরেংদা
চেক্লা ইমিং য়াওদ্রবদি
শৈরেং মপুং ফাদবরা
কবিগী শৈশক শৈথা ৱাংপরা
চানবিয়ুদা মৈতৈ অশৈবশিং
পীবীয়ুদা ছুটি চেক্লা ঐখোয়বু
চহী মঙা তরাদি পোৎথাজগে পেম্নবু।

ৱাহৈ খিবিক তারিঙৈ
মলয়া নুংশিৎ নামিবী
লিরি লিরি শিৎলকলে
লৈকোলগী লৈরাং খিবিক্লো

ফুগাইমা শাংকায়রকলে
মোনোন নায়থোং পুন্থুনা
লৈবাং ৱাকৎ পীরক্লে
মৈতৈ কাবও অথোইবশিং
চেক্লাদা ছুটি পীবদি
লৈবাক ঐখোযবুস্তু পীবিয়ু
মখোয ঐখোয় অমতনি
খুংক খুংকা শম্নথুনা
ভুথ মাঙথ চংতুনা,
মৈতৈ শৈবেং থৌগনজবনি
পাবিয়ু পাবিয চুটি লৈবাক চেক্ল পুন্না।
লৈবা চেক্লাগী ৱাকৎ
তাবদা ফুম্বংননা ফম্নিংৈ
নাযবৈ মবিন নিলহন্দুনা
অশাংব অবাঙ খোঞ্জেলনা
খইল্লগা ঐহাকপু লেপ্লবে ইমাচদা নুঙ্গাদে।
মশম মনাদি ইফা ফা
নিংলুদি লাইজনা ইথল থল
ঐগী অাকবা উবথুনা হাযবনই তপ্পা—
চকুন্নু ইমোম লাংলেন ইবেম্মা
ইমোম নঙদি ঐবু খচলবোই
ঐদি মণিপুব কৌবী নমানি ন লৈ পোকপীনি
অচীকপদা ইমোম নঙোন্দা পাউদমনীংই ঐনা
লাউথোকউকো ইবেম্মা নচিন নপুবা মযামদা
ইমাগী পেন্দবা ৱাবীসে.
চেপাং ৱাখল তিত্থুনা।

ইমাবু লৈসি লৈথোনবা
ইমানা নীংবা থুংদেদো
নচিন নপুৰা ময়াম্না
ঐঙোন্দা পাউথোং ওইহল্লা
ইমু নাইমু তানবা মীচং মীচং নাইনহল্লা।
অওক অথোং তৌনবা
লৈবাক মরাঙ হৌহনবা
অপঙবা ইচা কন্নানা
ইমুং মন্নুংগী থৌদোকপু
লৈকাই লান্না ৱাকৎপা
উরগা মমাগী থম্মোয়না
করম পেনসিগেনে ইমোমও ইবনসু কাম্নরোই
চিনফেন ফবনসু তোংজরোই পুকচেল তিংনা
ঐথোয় অমতা ওইহল্লা
য়েংথী লাংবু থৎলগা
ইমাবু সেবা তৌরদি কয়া পেনগবা
তমলুকো নচিন নপুৰা ময়ামদা
নমা ঐগী পেন্দবা ৱারী ময়ামসে।

ৱাকৎলম্নগা খিবিকসে
লৈকোলগী লৈরাংসু কেনখরে
কবিগী চেক্লাসু পাইখরে
পলেম ইমাসু মাঙখরে
ইদোম তরক লেপহৌরে।

(৮)

## নূরা শংনু শকহেনবী

হাদা নূরা শংনু শকহেনবী
শানৌ ইনেমচাও,
তাত্রবরা তাত্রবরা পাম্মুবী।
তারবদি কৌরিসে
নূরা খোঙদোই হুল্লকলো
পায়মা পুক্লীং নুংবংননা
করিগী লেপ্পুনা লৈরিবা।

পলেম্না কৈথেল কুমলক্লগা
নূরাগী খোঙ্গুলবু লীরকসনু
পম্থো য়াথং ফংলবনি
নূরা খোঙরাইরকলোনে।
নহাল কোরৌ অমদা
নথংলেন পাঙ্গল চাংয়েংদা
নূরাবু পোকপা পম্থোদি
তাঙজ ফিরুক খুমলেদো
নূরাগী খুৎপু কোরৌহুদা
শিন্নথবনি ঐঙোন্দা।

নূরা শংনু ইবেম্মা
মশাবী কোলোই তাবদা
নূরা পায়মা পীবুকমুং
মঙল মঙল খল্লকই।

পলেম মানা লূম্বরা
থংলেন মানা হেনবন্না
পলেম মাগী মকাদা
পূকমেন পাউমেন্নরমদা
করম্না মানজ হৈনা তুংইনগনি।
নূরাই থম্মোয় ইরাঙহৌ
পায়মা ৰাখল চোইরকই।

মুংশি লীচিংনা কনখিবনা
নূরা শংন্নু খাঙমখিদে
মথংলেন হৈনা তুংইনখিদা।
শানৌগী নমখাং ইনফিমক্কবু
মচেৎ মচেৎ ওইনবু থাদরম্মী
পলেম মমানা
মমোমগী খোঙ্গুলবু লীরক্কবা।

(৯)

# মণি পোকপী পলেম

মণি পোকপী পলেম ইমাগী
কোলোই মিংলেন শোন্নবা
ময়ায় জিলাদগী হৌরসি
মরম লমলেন লমন্নুংশি
কৈবুল লমজাউ চৎলুসি
শকহেন শঙাই য়েংলুসি ॥

চান্দেললোমদা পাংসিদো
অনাল খুল্লেন য়ৌসিদো
লাইজনিংথৌ ৱাংব্রেন
পাঙ্গল চাংয়েং নুংশুক্তো
অনাল খুল্লাকপদগী নিরুসি
মণি পুকৈ চোন্নবা ॥

নোংপোক জিলা চৎলূসি
শিরোই চীংজাও কারুসি
শিরোই লিলি হেকলুসি
নাপ থন্না চিন্নবা পলেম্না
চৎলু চৎসি থিরুসি মণি
চৎসি চৎলু ফকলুসি মুক্তা ॥

অৱাং জিলা য়ৌরগা
মরাম খুল্লাকপদা হায়জসি
কৌরকসি নিংথৌরেনগী তালোই

মরাম চন্নু নিংঙোলদো।
য়োরকসি থাঙ্গাল শুরুং
নিংথৌরেনগী নাওয়োকফম ॥

নোংচুপ জিলা কোয়রুসি
নোংগাং হৈকোল য়েংলকসি
হেকলকসি হৈরাং ফিগাওবু থন্ন!
পলেম ইমাদা কংনবা।
পারকসি হাওচোং নুংপাক্তা
ইরম্বদো কংলৈ মপুনা ॥

খা জিলাগী ঙমখৈ
লোইবী চীংদোন্দা লেপ্লুসি
য়েংলুসি থিরুসি
পলেম ইমা মণিগী ঙমখৈ পরীং
য়াংলুসি চিংলুসি
পংখৈ পংতি পরেং ইমাগী ॥

(১০)

## পারি তোমপোক ন্নুংশিবা

মণিপুর সনা লৈময়োন্দা তোমখিন পোকখিবা
পারি তোমপোক ন্নুংশিবা।

নঙগী নপোক কুমওন ন্নুনিংথিদা
কংলৈ পোকপী লাইবক চাউবী নমা ঐনা
কোরৌ নোংদোনথক্কী মালেম লৈপাক নুমলকপদি
কংলৈ লৈময়োন্দা থারম্বা
শিদহিদাক পামেলবু নঙনা
য়েংজরগা ৱাংলেন খরদং পোংশাগে হন
লাকপানিদা পারি লাকপনি।

অহুংনে পারি নমা ঐদি নীংবা কায়রেদো
নচা ননাও কয়ানা মায়গৈ শালাই খণ্ডনা
লনজীং কনা য়াওদনা
কংলৈবাকপু মরাঙ হৌইনবা
নীকপ মীরাওতনা নিলহনবা উবদা
কায়রে থম্মোয় মচেং মচেং
করম্না খাঙলসিগে নমা ঐনা।

পারি নঙনা পলেম নমা ঐগীদমক্তা
নোংজু ন্নুংশা খাঙ জঙ্গল ফাও উমং লান
চাদ থক্ক নীংথমগী উল্লেন খাঙ
নারক মোংশোং উখোং ৱাখোংলক্তা
কুমজা কয়া লেল্লগা অৱা কোঙ্গাগ খাঙলগা

মীরম লমদা থব্বায় থাখিবা নমা ঐগীদমক্তনিকো
নচা ননাও ময়ামদি কাউথ্রমাল্লে
পারি নঙবু কাউথ্রমাল্লে।

নঙগী থব্বায় চেল্লাবু নমা ঐনা কৌরিয়ে
তারবদি কৌরিসে পাইরকউগবা অমুক্তদি
অতুগনে পারি নখোঁপোংনা খোংলম্মু অমুক্তং
নঙনা থারম্বা মপূংফার
শিদহিদাক পামেলদা তোংতুনা
পাউমেল্লম্মু নচা ননাও ময়ামদা
পলেম সেবা তৌনবা।

(১১)

## কংলৈ খুনজা

কংলৈ খুনজা অহল্লোন, কংলৈ খুনজা নহারোল
তিল্লরেদো ঙসিদি পূল্লরেদো ঙসিদি
পম্থৌ শুমাং মথৌবুংসিদা।

খেনফম ফরবা ঙসি নোংলেন নোংজাসিদা
মরম লমলেনদি লমন্নুংশি
পোইরৈ লমদমদি লমন্নুংশি
কংলৈ পোকপী পলেম মাগীদি মশাইগোন
লোইবী চীংলোন মাপলনা খাবা লমন্নুংশি
ইবুধৌ পাখংবনা ঙাকপা লমদি পোইরৈ লমন্নুংশি।

ঙসি কৌবা নোংসিদা নপারী নমোম কয়ানা
পূক্নীং তুজুং ঈরাঙ-হৌ পলেম সেবা ফংনবা
শকচগে শোনজগে পলেমগী কোলোই
উংচগে থৌনা উৎচগে পাঙ্গল
ঙসিদি তিল্লরে পূল্লরে অহল্লোন নহারোল।

নপারী নমোম খিবিক্লা ঙসিদি
খুবাং চাংজৌ তরা লোম্লনা ঙসি দি
পুনেমজরীয়ে কংলৈ পোকপী
কুবিয়ুকো নচাশিংবু।
নপারী নমোম খিবিক্লা ঙসিদি
খুরু খুদক মালেম লৈতানা ঙসিদি
খুরুমজরিয়ে ইবুধৌ পাখংবা
থৌজানবিয়ুকো নগুশিংবু।

# শোইনাই শকখণ্ড কুম

ইং কুমজা লীশীং অমগা চানাপল ময়িকুনাথোই।
কুমসি কুমদি কুমলেন কুমন্নুংশি
শোইনাই শকখণ্ড কুমদি কুমন্নুংশি
থম্মোয় থয়াল লৈকাদা থমজগেকো থেংত্নুনা।
মপোক লাঙোন লাঙোন খুদিংগী
নীংশং খুদম ওইনবা।

তোনবদগী তোল্লবা
শোইনাই মীওই মপোকনিদকো
মিংস্থু উদে মহৈশাগী ফজবস্থু খঙজদে
খোংস্থু তোল্ল য়োনীংবা লনবু য়োঙমদে
শেংইরোম্বা পাখোম ওইরম্বনা খুংস্থু য়াওদে
ভাইনং নম্পুগী শিঙার পায়ঙমদে
ভাইবা নাপোং ওইবনা
তাইবং শনাগী য়ারা তাজদে
লোনখোত্তবা ওইরম্বনা
মপুগী মীংলেন মিংখৈবু শোনজবা উমজদে।

কুমসি কুমদি কুমলেন কুমন্নুংশি
শোইনাইর খিবিক্কী কুমদি কুমন্নুংশি
মালেম লৈকোই শিনবা থুংনা
শোইনাইর মীওইশিংগীদমক্তা
খুন্দা লৈতানবা থোরম থোরাং কয়া শীনবিবা
নুংঙাইজেদা পেনজেদা নুংঙাই উমখৈ লৈতেদা।

(১৩)

## নুজাবু করম্না
## পাঙ্গল শোনবীনি হায়বিরম্লিবা

মপু পানগ্রবা যুবরাজ সলিম
নুংশি ঈখৌ লাংতুনা
থম্মোয় মৈচাক কোল্লবা
মেহের উন্নিসা মকাদা
নুংশি ভিক্ষা নিজখি।
মেহের উন্নিসা শকহেনবী
করি পাউখুম পীখিবা?
জহাপনা! লৈরাং মচাদি
লৈখোক অনদা লৈরাং অনী-মরি শাংলি
অদুবু লৈরাং থম্বালদি, জহাপনা
লৈখোক অমদা লৈরাং অমতা শাংলি
কাউবিরোইদো অঙম্বা।
করি পাউখুম পীনীংঙাই লৈখিদে
পাঙ্গল শক্তি লৈরম্তু
পাঙ্গল শোনবী নুজা মকাদা
মহী ময়াই চমখিদো।
যুবরাজ সলিম পাঙ্গনবা
পাউখুম পীডমখিদে
তাংজ ফিরুক খুমখিদো
চাকনা চাকনা খাঙখিদো
নুংশি মৈচাক অকনবা।

নীংশিংলকই অতুঙৈগী ৱাফমদো
অঙাং নাৱা ওইরিঙৈ
মেহের উন্নিসা মকাদা
শেন্নৌ শিন্নখিবনি খুনু অনী
মেহের উন্নিসা শফহেনবীনা
চ্যেকশিলহৌদবা মিংকুপ অমদা
পাইথোকখি খুনু অমা নাম্থোক্তুনা।
খুনু অমা লৈরমত্রবদা
যুবরাজ শাউনা হংলকখি
খুনু অনদি কদাইদা চৎখ্রে ?
মেহের উন্নিসা শকহেনবী
কিখিবনা চেঙ খৈগুম নীক
মিংলু পিরাং ঈহৌনা
খুৱা ঙমদ তঙক তঙক
য়েংহুনা লৈখি যুবরাজ মায়থোঙ।
মখা তাথরকখি যুবরাজ
হায়য়ুনে করম্না পাইথোকখি ?
নীকনা নীকনা কিনা কিনা
লৈহৌরিবা খুনু অমহু
লৈহাও লৈরেন ঙমজবী
তনৌ তনৌবী মখুং মচাহুনা
চেজেং পায়শিল্লে থাঙ্গংলি
যুবরাজদা অমুক য়েংজৈ
খুনুদা অমুক য়েংই
অতিয়াদা লংখৎখি পাইহনখি খুনুহু
জাহাপনা ! মতৌ অসুম্না পাইখিবনি

মেহের উন্নিসা শকহেনবীনা
তাকই খুদোনবী থিন্দুনা
পাইখ্রিবা খুনু অতুদা।
যুবরাজ সলিম করি উপায় লৈরি?
মেহের উন্নিসা শকহেনবীদা
করি দণ্ডি পীগে খল্লিবা?
থৌদোক অসিদগী হৌখি
পাক চাউরবা মোগোল সম্রাজ্যগী
নিংথৌরেল ওইগদৌরিবা
শক্তি পাঙ্গল লৈরবা
যুবরাজ সলিমগী থম্মোয়দা
মেহের উন্নিসাগী নুংশি তীলনা চীকপা।
যুবরাজ সলিমগী মায়থোঙদা
কিনা কিনা নীকনা নীকনা
মেহের উন্নিসা শকহেনবীনা
কাপথোকখিবা মিৎচিদা তেঙ্গা থোং
থম্মোয় মাগী থৌরু তেন্না
যুবরাজগী থম্মোয় ফাওনা পানখিদো।
লেঙমখিদে পুন্সী চুপ্পা
মোগোল সম্রাজ্যগী মপূরেলদো
শকহেনবী মেহের উন্নিসা মকাদগী।
নুজাবু করম্না পাঙ্গল শোনবীনি হায়বিরম্লিবা।

# শিঙেলচাদি পেক্রকলৈ

নোংমা নারক মোংশোং ফাওবুনা চংলি
চীক্লবা উমং অমগী উন্নুং লম্বীদা
তিংখং তুম্বৌ মরক্তনি
লম্বী লৈতে খোঙ্গুল তাদে
চংলি ঐনা অস্নুম চংলি
পঙ্গু ফন্না কদায়দা শঙদে ঐ
খঙদে খনস্থ খল্লুদে ঐ
কনানা কদায়দা পুরিবা ঐবু।
চংলে ফনা য়ান্না থাপ্না চংলে
য়ারে পোংথানীংলে চোকথরবা হকচাং
উন্নুংতুদা লৈরম্মা খোং মচা অমা
কনানস্থ খঙবিদ কনানস্থ উবিদা
লিরি লিরি চেল্লি ঈচেল মাগী
লেপ্পা য়াদে মতাগুম।
খোং অতুগী মপান্দা কুমথরে তপ্পা
ঙাইহাক পোংথাগে খন
ফমথৈ পাক্ল নুংপাক অমদা
লিংথোরক্কুনা নাকল অমদা নুংপাক্কুগী
খোঙময়ামক্তদা ঐহাক্কী
মনা চরোং মচা অমদা
শাংলম্মী মুনা ঙাঙবি পেক্রকলৈ
শিঙেল মচা অমা অপিখক

তুম্বক তূম লৈরাংচাদো মুংশিগ্রেদা
কোইরপ কোয় মায়থোঙদো ফজখ্রেদা।
পূক্লীং ছুনা নীংথিদা লৈরাংদো
মিৎফম হোংবা য়াখিদেদা।
ঐনা লু লূকথৈ
লৈরাং মাবু য়েংগে খনবরা
শিঙেল মাবু হেক্কে নীংবরা খঙদে।
খুৎ তিংথোকলূই খঙহৌদা
মিরবা খোঞ্জেল অমথকনা
শোম্থাংননা হায়রকপগুম তাখি।
শোকপীগনু ঐবু শোকপীগনু
শনম মীনম তাজনীংদে ঐদি
তাইবং খুৎনাং চাজনীংদে ঐদি
তাইবংগী অপাম মুংশি থাদোক্লবীনে
লম্বোইবীনে ঐদি লম্বোইবী
মুংশিরবদি তশেংনমক ঐহাকপু
লেপ্পুনা লৈবিয়ো ইনাক্তা পুন্সীচূপ্পা
য়েংবিয়ো ঐবু পেম্মা
থম্মোয় পেম্মা য়েংবিয়ো
ঐস্তু য়েংজগে পেম্মা
নঙনা য়েংগুম ঐবু।

(১৫)

# লাক্লরোই মহাক মহাক লাক্লরোই

শেগায়রবা মল্লবা খাংপোকশঙ
কিন্থরব কায়রবা ফকলাং
পৌরোল লোন্দ্রবা পৈথরবা থোঙ
ৱাগী কাংথোল চরুগী মোম্পাক
উরুনা খাঙনা মোন ওইনা খাঙ
হিপ্পুনা করি খল্লিবা নুজা নঙবু
অহীং চৃপ্পা মিৎশেন খাঙ
নমিৎ তরু তরু পাঙ অমম্বদা।

ইখঙ খঙহৌদনা শোল্লকই নুজাতুনা
লাইবক থীগ্রেদকো ঐহাকসে
ওন্থোক্লা মপোক থীনা পোকগ্রেদকো
ঙসি অসুক মিপাইরিসিনা করিগী
মহাক লাকপা য়াইনা লাক্কনিদা।

তাংলৌ নৈনা থেঙজিল্লকলে
মীচিক মীরাওখোল তাশিল্লক্করে
মিকুপ খুদিং পুংজা খুদিং হৌখি
অত্তুবু আশাদি তৌরি লাকখিনি
মহাক লাকপা ৱাইনা লাক্কনিদা।

লৈথখরে থাজ নোংচুপ্ চীংয়াদা
নোংপোক চীংখৈ হুল্লকলে
ক্বাক্লা লানবাউ তাক্লরে
হায়খি নুজাহ্না অরোইবা ওইনা
লাক্লরোই মহাক মহাক লাক্লরোই
ওন্থোক্লা মপোক থীগ্রেদকো ঐহাকসে।

(১৬)

## কায়নখ্রবগী তুংদা অহানবা উনব

নুংঙাইরিকো নহাক নুংঙাইরি ঐস্তু
থম্মোয়গী য়ারানি মিৎয়েংগী ৱাহংনি
থম্মোয়না ঐগী য়াইফবতা খল্লি নঙগী
ফংলিদনা থৌজাল নুংশি নথংলেনগী।
অত্তুবু উরি মায়থোঙদা মহাক্কী
নীংঙমদা মৈচাক্কী মৈরি অমা।
পুন্নমক হৌখ্রবা ৱানি ৱারীনি নঙগী
ঙকইদকো করিগী তুক্কচরিবা শাউনীংলিবা
উরগা মহাকপু মরাল লৈজদ্রবা
খল্লুই করি করিগুম্বদস্তু
মহাক্না নঙবু নুংশিরমদ থোক্লদি
কয়াগী মতীক নুংঙাইজগবা ঐহাক্না।
নারাদো উরগা পমলিবা নতম্বাক্তা
চাকথেকই থম্মোয় ঐগী নুংশি মৈরিনা।
নীংজরুই ওইজরম্লদি ঐগী ইচা
নঙ ঐনা পোকচবা ইচা।
নারাত্তুনা তাইবং মীরোল খঙদ্রিবা
মোমোন নোক্তুনা কৌরকপদা ঐবু
নঙোন্দা তাকলমদা পমখৎলুই
চূপলুই নুংশিনা হন্না হন্না।
য়েংলকখিবা মিৎম্না মচাদো অপিখক
কয়াগী মতীক মমাগী মিৎকা মান্নরম্বা।

হন্না হন্না চূপ্পী কায়রবা থম্মোয়গী
ফুইনা হোনবা স্বোর মপীগা লোয়ননা।
পলেম মমাগী নুংশি মিৎয়েংতুগা
নাৱাতুগী মীৎয়েংগা কয়াদা মান্নগ্রবা।
ঐগী থম্মোয় ওইগ্রবসু নহাক্কী
ননাক নকশিনবদি য়াদ্রেকো
হন্দক মপোক লাঙোলসিমগীদি।
নঙবু ঐনদি ৱারৌখিদে করিগুম্বদসু
অদুবু থাপতোকপদি তাবনি লাপনা।
নীংশিংলকই নহা ওইরিঙৈগী মতমদো
আশানা থল্লবা ৱাথল খিবিক্তো
চীক্লা ফম্মিন্নখিবদো য়েংকা ওইগা নঙ-ঐ
য়েংলকখিবা নিংয়েংদে। নঙনা মায়থোঙদা ঐগী
পীখিবা আশাদো কাউঙমদ্রবা থম্মোয়গী
তনীক তনীক ৱাশক্লখিবদো নঙ-ঐ
লাক্লরোই মতমদো পুন্সীদা অমুকহন।
নীংবনি থল্লরোই ৱাফমদো ঐসু
লৈহৌরি অমথক্তংদি চিৎথতুনা হৌজিকসু।
মতুদি নীংবা কায়রবা নঙ-ঐগী পুন্সী
নহা ওইরিঙৈ মঙখিবা মঙদো ঐহাক্কী
মঙফাওনররোই হন্দক্কী মপোক অসিদদি
কায়জগ্রসনু থম্মোয়দি অপঙবা ঐগী।

(১৭)

## হঙ্গাম মরূনা মতোল চোংলকপদা

লঙজথ্রবনি ইরাল অমা ঙাকপীফম থোক্ত্রবা
শানৌ নঙগী নকাদা নুংশিবী।
করি মরমগী লঙজখিবা ইরালনো
কনানসু খঙলোই মুন্না খঙভি ঐতনা।
থম্মোয়গী নুংশি লালহৌ অকনবা নঙগী
করন্না মায়োক্নগদৌরিবা লাল্লবা ঐনা।
নুংশি লানফমদা মায়থীবা হায়বত্তুমদি
তমথ্রবনি ইরায়বক্তা ঐহাক্নীদি।
নঙনা ঐগী থম্মোয়গী থম্মোয়নুংদা
য়েংবিরম্লবদি চঙতুনা করিগুম্বদা
উরমগনি ঐগী অশেংবা শক্তম।
হৌজিক্তি পুম্নমক অরেম্বদা তারেদো
অচুম্বা হায়রসু হেন্না মীনমলিনি থল্লনি।
নঙগী নুংশি লালহৌ অকনবা
থেংননবা লৈজদরে খুৎলাই ঐহাক্নী।
সমুদ্র ঈরোলনুংদা নুংশিবদি ঐগী
লৈথ্রসনু লৈখা তানা মপোকসিমগী
মতুসু লঙজরুবা ঐগী ইপাপকী মহয়নি।
খঙহৌদনা থম্মোয়দা দং দং য়ৈরকলিসিনা
করি অমুক মিপাইদবা ঙমদে।
মান্নি চুম্মি তারিবা মখোলসে চুম্মি
থম্মোয় মচেৎ মচেৎ থুগায়বগী মখোলনি।

ঐগী ইরালগী অচুম্বা মশক্তো
খঙলক্কনি নোংমদি শোয়দনা
মতমতুদা নীরুক্কনি থম্মোয় নঙগী
হুল্লক্কনি অচুম্বা মিহুল থম্মোয়গী মিহুল
ফাওরক্কনি নুংশি চৈনা অকনবা।
মোংফম মথক্তা ঐহাক্কী
হঙ্গাম মরূনা মতোল চোংলকপদা।

(১৮)

## পোইরৈ লৈবাক কংলৈবাক

পোইরৈ লৈবাক কংলৈবাক পোক্লফম লমদম ইরৈবাক
কোলোই হেনবী মণিপুর মণিপুর মণিপুর ॥
ভারত নোংপোক চিদাইদা চীক্লা লেম্না ঙাল্লিবী
মালেম শাৎনা ফাওরিবী কোলোই হেনবী মণিপুর।

শংলেন ফিজোল থোল্লিবী লোইবী চুম্বং খনজবী
লোক্তাক ঈতাক্লা লৈতেংবী শালাই তরেৎনা খুন্দাবী
ব্রাৎত পাদবী ইরৈবাক কোলোই হেনবী মণিপুর মণিপুর।

ইম্ফাল নম্বুল কোংবা ইরিল
ওইরি পলেম নঙগী শিংলি
পান্থোইবীগী শাইওনলম ফৌওইবীগী খুম্থোকলম
নথান্নুংদা পোমজগে নতম্বাক্তা শাৎচগে
নশাইগোন্দা হিংজগে পীনবিয়ু অপোকপী
অব্রাৎ অপা লৈত-লম কোলোই হেনবী মণিপুর মণিপুর।

(১৯)

# পলেম শকপী জিরি

কংলৈ পোকপী পলেম মাগীদি মশাইগোন
চীংলোন মাপল ৱাংমা লান্না ৱাংমদা
ইরঙ বরাক মকু ঈরান্না খুনথোকখ্রবী
পলেম মাগী খোম্মৈ খোমদোন অতোনবী
কংলৈ পলেমনা মীরায়বা নত্তেদো
করিগী পায়মা ৱারোবা।

ঙসি কৌবা নোঙ্গাশোই য়ৌজরেদো নশাইগোন
পলেম সেবা ফংজবা পোকপগী মহয় য়াল্লেদো।

কংলৈ পৌকপীনদি তামখিবনা
মীরম লমদা ওংখ্রবী নপারী নমোম কয়াবু
য়োকচবী ইমা নঙনা নাওকোনবীরঙ্গা উরগা
কংলৈ পোকপী পলেম ইমাদি
তরং লাইজ ঈহৌনা মীৎলু পিরাং শিন্থরী
থম্মোয় পেন্না পেন্না য়েংজরি।

জিরি তুরেল ইতারোই লাইবক ফৈদা নহাকসে
লূরবা নঙগী লাইজনা নিতি খুদিং লেপ্তুনা
পলেমগী খুয়া শেংদোকলি লাইবক ফৈদা ইতারোই
কাউনন্নুসিকো ইতারোই কাউনন্নুসিকো ন্নুংশিবী
খুৎকা খুৎকা শম্মনা খুজেং পাল্লোইনতুনা
পলেম সেবা ফংমিন্নসি পলেম সেবা ফংমিন্নসি
কাউনন্নুসিকো ন্নুংশিবী কাউনন্নুসিকো ইতারোই।

(২০)

# নোংপোক ইংখোল চাইগোইন্নুং

নোংপোক ইংখোল চাইগোইন্নুং নদোম তরক শাৎলিবী
পামজরুইদো নঙতবু নু·শিজরুইদো নঙতবু।
পলেম কনানা না·ংকোল্লিবা থম্মোয়ন্নুংদা হংলকখি
ৱাংলেনথুদা নূরা চেংলৌ উরুবা।

খোমলেন মিকপ তাল্লিডৈ
উরকখি মংলান্দা নূরাগী চেংলৌ শক্তম
তারকখি শানৌগী মিরবা খোঞ্জেল
খোয়থুম্নন৷ নু·শিরবী।

থাবল ফর' অহীংদা তাম্ন লোইবী চীংখাংদা
খোংলিবী চেক্লা তাম্নানা তমজনীংঙাইনি
কোলোই নপাউ শেংলম্মু নূরা খোঙ্গুল লীরক্কে।

ঈথক ইরৈ কল্লবী নঙগী নু·শি ঈচেলবু মায়োক্নজগে
পুথোকচরে পাং য়াংদ্রে' ঐগী ৱাকয়ৈ হি
নৌরেল খুৎতা পায়জরে খুমু নৌহোৎ তোয়না
শানৌ নকা তমজরক্লে তপথদরবা ঐগী থম্মোয়সে
ঈরাক্নজগে পুন্সীসিমা নঙগী নুংশি ইরেলদা
মথুতদা পেনজগে ঐগী থম্মোই।

(২১)

# তাম্না তাম্না তারিবা

তাম্না তাম্না তারিবা থম্মোয় মরাঙ হৌহল্লিবা
কৈদগীনো মানজা কনাগী ৱারাবানো॥

মানজা নপাউ তাবদা পায়মা নূংবংনরে ঐ
ইমান কনাগী মচানো পাম্মুবা নঙবু
লৈতাদরে ঐগী পূক্নীং পল্লেফম খঙদরে ঐগী ৱাখল
নঙগী নুংশি পরৈগী লংলা লংজিন খঙদবনা।

কৈদৌনুংদা পলেম মাগী মকা থাদোক
নুজা খোঙদোই হুনজখিদে
তাইবংদদা নত্তেদো খোমলেন মঙলানচাদস্থুনি
করম্বা মপোক লাঙোন্দা মানজা নকাদা লাক্লম্বা
লাম্বা ফংদরে থেল্লবা নুজাগী ৱাখলনা।

নুংশি ইরেলয়াইদবু নুজা ঐগী
য়ে ঙনীংদে মানজা নঙনা ঈরাক্লবা
উজবস্থু পামজদে য়েংজবস্থু ঙমজরোই
হন্দক লাঙোন মপোকসিমগীদি
থংলেন মানজা পাম্মুবা হায়নমক্তবু
পেন্না পেন্না ননাওনা কৌজরমগেকো নুংশিবা
কৌজরম্বসিনা ওইরসনু নুংশিগী লমনশিংবা।

(২২)

# নোংপোক পান্থোইবীনা খোয়রেলনি

নোংপোক পান্থোইবীনা খোয়রেলনি
অয়াং লৈমনা খোইদৌনি
শক্তি লৈমনা লৈয়োলনি
মালেম লৈকোয় থুংনা য়েক্কদৌরিনি ॥

বিন্দু হৌফম্না প্রেমসাগরনি বিশ্বপ্রেমিকনি হায়না
অনীশুবা বিন্দুনা পুজা য়ৈবনি য়ৈবনে
অহুমশুবা বিন্দুনা ফম্বাল লাংবীনি লাংবীনে।

হৌরসি চিংলসি য়েক্লসি লৈকোয় লৈয়ি
মপুং ফাহনসি কংলৈ লৈয়েক
চিংঙু লৈয়ি শমজিন্নৌ লৈয়ি
সোমদা সোমদা সোমদা চিংঙকউ।

কোয়শিল্লু চিংউ অমুক্কা চিংঙু
কোয়রেদনা কোয়রপ কোয়রপ
পামজরিবা মঙংদো তারেদনা তারেনা।

মসিনিদো নহাল'খৈ তান্নরিসে ঐখোয়না
হৌজিক্তি ঐহাক ফম্লগেকো, ইফমলাংদা ফমলগেকো
পোৎথারগে য়েংলগে য়েংলগে
নখোয়গী লীলা য়েংলগে ইমিৎ পেন্না য়েংলগে
নখোয়গী কুম্মৈ য়েংলগে
ইমিৎ পেন্না য়েংলগে য়েংলগেদে॥

(২৩)

# তৎলুরবা ঐগী থম্মোয়গী বীণা

তৎলুরবা ঐগী থম্মোয়গী বীণা
শমজিন্নবিররিবা নুজা নঙবু কনানো
ঐগী কনানো নঙবু।

লাইবক চাউবী পলেম মাগী
লায়র খাঙপোকশঙদা কনা মকাদা ক্ষোঙদোক্তনা
কুমজা কয়া লোৎলুবা নঙনা
পাম্মুখরেদা মতমদো নীংঙমহৌদেদা
থিরু য়েংলুদবা ঐনবু লাল্লবরা হায়য়ুনে।

শাংলবা পুন্সী খোঙচৎতা ঐগী
পুন্সী পনথুং য়োরমদাই মিৎকুপতা
খোঙলোয় ওইরকপী শানৌ
থেঙমনখিবনা নঙগী খোঙহৌ
নীংজবা আশা কয়াবু থুংলোইদৌরে খল্লুবদা
থম্মোয় ঐগী চাকথেকলে
তাঙ্গাই ওইরে ঐগী থম্মোয়।

নোংমা তাখি নুংশির' শৈশক নঙগী
অহাঙবা মালংদগী
ৰাংলেন্দুদা ঐগী পুন্সীই ৰারেপ তাখি
অয়াবা য়াওদনা নঙগী
থম্মোয়গী স্থর ঐগী শকহনগে নহাকপু
শৈশক্তো তাজগে পুন্সী পনথুং য়োবফাও
থৰায়গা হকচাংগা থাইনরমদাই
তাহনবীয়কো নঙগী নুংশি স্থর।

(২৪)

## ব্রাবীরুগনু নুংনাংবিগনু

ব্রাবীরুগনু নুংনাংবীগনু খনবীরুনু মিপাইবীগনু
থম্মোয় মন্নবনে থম্মোয় মন্নবা।

ব্রারেংনা শাবা শৈরেংনি
কদ্রক কদ্রক লাউবনি
সুর পানবা য়াদ' ময়েকনি
মীনাঙ পুথোক য়াদ শৈরেংনি।

শৈদম শৈশকমক্তবু মপুং ফাজদবীনি
শৈথা শৈরোল শৈহেক হৈজদবীনি
খোল্লে খোনথোক চুমদবীনি
থুঙ্গংগী শৈশক শৈদাদা শকচবীনি
করিগী পায়মা ব্রারৌ পুকলৌবিবা
নশু লাইবক থীবীবু।

ওজা গুরু নাইজদে
করি খঙবা নত্তেদো কৈস্মু হৈবা নৎচদে
পংলাউ লাউজবনি হৌনা হৌনা
তাবা য়াবা ঈশৈ নত্তেদো
য়েংনীংবা শকফম ওইদেদো ঐগী
করিগী ব্রাবিরীবা ঐগীদমক।

পংলাউ লাউজবনি, পংশক শকচবীনি।
পংই ইজবীনি তাবিরুনু খনবীরুনু ব্রাবীরুনু
মাঙলগা মাঙজরগে চোপ্লগা চোপচরগে
নুংনাংবিগনো মিপাইবিগনো
থম্মোয় মন্নবনে নখোয়গী থম্মোয় মন্নবা।

(২৫)

# কনা লৈতে নঙগী

কনা লৈতে নঙগী লমজীংবিনবা
খঙঙী মুন্না ঐহাকসু
ওন্নরুরে লম্বী চৎলুরে লান্না
মতুংসু হৌখ্রবা ৱানি।

হৌখ্রবা মতমগী ইতিহাস নঙগী
খঙনীংলুদে ঐনা হংনীংলুদে
হংগেসু খল্লুদে হংসু হংলরোই
আশা ময়োল তেকখিনি।

ইনৌ নৌনা হৌরসি ঙসিদগী হৌরসি
করি পামলিবা নহাক্না
হায়য়ু অপাম্বত্ত ঐঙোন্দা
নাপ্ল চীকনা পূকচেল শেংনা থম্মোয়দগী।

শক্তি ৱাৎলক্লবা পাম্বোমসে ঐগী
তিংথোক্লবনি নঙগীদমক্তা
পুগনি নঙবু শোয়দনা য়োনবা পুগনি
পামজরিবা লমদমতুদা নহাক্না।

(২৬)

# নুংশি লমজেল

পাঃ নুংশি লমজেন তান্নবা য়াওরুসি
লমজেন্দা তোংনবা অপাম্বা শাদোং
অমতং হায়য়ুনা হায়য়ুনা।

লৈঃ অপাম্বা খনগে হায়রকউনে মমিং।

পাঃ বুলেটপু পুরকউবা পুরককে বুলেট্ বুলেট্।

লৈঃ পামজদে মখোল হৌমল্লি পামজদে
হৌজিক কালগী ওইরবোই নীংখিনি।

পাঃ অদুদি পুরক্কে ভেস্পা অহনবা অমা।

লৈঃ পামজদে মতুস্ত মীনা য়ান্না তোংনৈ তোংনৈ তোংনৈ।

পাঃ শকহেনবী মশা তনাপ্পী লুনা লুনা লুনা।

লৈঃ মতুস্ত লমজেন য়াঙদে মীনা থোইখিনি।

পাঃ অদুদি করিনা শাদোং ওইদুনা
নুংশি লমজেন য়াংগে হায়রিবা।

লৈঃ অমদি ··· লৈরিদা ··· অপাম্বা।

পাঃ করিনো অদুদি ···।

লৈঃ ঈশৈ হৈজহৌদেয়ে ঐদি
নাওশুম ঈশৈ কনানা শকপীনি
রোকেট অমা পামজৈয়ে।

পাঃ কৈদৌনবা রোকেটতি।

লৈঃ থা থা থাবুংতোন
অঙাংগী হৈবোং হেকলুনবা
রোকেট অমা পামজৈয়ে।

অপুঃ নুংশি লমজেন তান্নবা য়াওরুসি
রোকেটপু তোংদুনা নুংশি লমজেন য়াওরুসি।

(২৭)

# শানৌচাদি থবাতোন

পাঃ তথক তথকপী লাকঙম ফাঙমদ্রবী
মিৎস্না থম্বাল অনীদা তেঙ্গা থোং
কাপথোরকপা থম্মোয় নঙগী তেল্লা পান
তম্বা কয়া তুপ্রবা হায়য়ু শানৌচাদি থবাতোন।

লৈঃ হোঃ তম্বা নঙবু কনানো
করি চোইরোল লোল্লিবা নঙনা
নঙগী লৌনম লাংনা শানৌ কয়া মাঙহল্লবা
হায়য়ুনে নঙবু অমুক্তা হায়য়ুনে তম্বা নঙবু হায়য়ু।

পাঃ তথক তথকপী লাকঙম ফাঙমদ্রবী
মিৎস্না থম্বাল অনীগী মিৎয়েং কারন্দা নঙগী
নুংশি খুরৌনখিবা পাখং কয়ানো
হায়য়ুনে শানৌচাদি থবাতোন।

লৈঃ তথক তথকলিবা মিৎয়েংদি ঐগী নত্তে নঙগীনি
নঙগী লৌনম লাংদা খুরৌনরম্বা শানৌ কয়ানো
হায়য়ুনে নঙবু অমুক্তা হায়য়ুনে তম্বা নঙবু হায়য়ু।

পাঃ খঙলে লোইনা খঙলে নুংশি মিত্রং হৈবীনি নঙদি।

লৈঃ খঙলে ঐস্নু লোইনা খঙলে যাত্নু মন্ত্র হৈবনি নঙদি।

পাঃ অমতংদি থাকলি হায়দোক্লরোই খল্লেনে নঙনা
লাইবক ফবত্নুবু কনানো হায়য়ু
হায়য়ুনে শানৌচাদি থবাতোন।

লৈঃ লাইবক ফবীত্নুবু কনানো
হায়য়ুনে তম্বা নঙবু হায়য়ু।

(২৮)

## করিগী নুংশিবা তম্বীরম্বা

লৈঃ করিগী নুংশি তম্বীরম্বা
করিগী নুংশি কাইহৌরম্বা
শামায় লৈগে খল্লদি
য়েলহৌঙৈগী চান্ন মক্লপ ॥

পাঃ লান্না লৌখিবনি ওইন চাউবী নঙনা
হাকমল্লি শানৌ থম্মোয় কনমল্লি।

লৈঃ লেন্ন লেন্ন ঈমাঙমক্তদা
নঙগা মাগা চংখিবা নোক্লা
খাঙহৌবা চাকনা চাকনা
থম্মোয় ঈরি চেন্না।

ঐগী থৱায় চেক্লাদি
লমদম তান্না পাইথ্রগে
কায়রবা থম্মোয় পুরক্নুা
তমলম্নগে থম্মোয়গী শৈরোল।

পাঃ তান্নবা লোইবী চীংগী
পামেল উপালদা হেংলক্নুা
কায়ন ঈশৈ শকলিবী নঙবু
নোংদম্বা মানা তৎহল্লুববসু
নঙ ঐগী মরী
নুংশিগী ভিক্ষা নিজরি।

লৈঃ পামেলক্নুগী উখাদা নদোম যমক্নুা
কায়না শৈশকসে তারগা
লেল্লোকো পুন্সী নঙগী।

পাঃ লেল্লগে পুন্সী ঐগী।

(২৯)

# থৌমল্লি মচিন মিংয়েং নঙগী

পাঃ থৌমল্লি মচিন মিংয়েং নঙগী
য়েংঙকনু ফাওথ্রে থম্মোয় ঐগী
খাঙবা ঙমলোইদৌরি মিংয়েং নঙগী।

লৈঃ ঐগী মিংয়েংফমদা কৈদৌনা লৈরমলিবা নঙদি
হৈনদ্রগা হন্দোকখোদনা থাপনা।

পাঃ নুংশি তেন্না পাল্লবা
লেঙবা ঙমদ্র' থম্মোয় ঐগী
পুত্নুনা চৎলুনি কদায়দা
থম্মোয় ঐগী ওইরেদনা নঙগী।

লৈঃ ওইরেদনা বন্দি থম্মোয় নঙগী
খাঙবা তারেদনা মিংয়েং ঐগী

পাঃ শোইদৎলু মচিন থৌমল্লি মিংয়েং নঙগী
খাঙবা ঙমদে থম্মোয় ঐগী।

লৈঃ খাঙবা তারেদনা মিংয়েং ঐগী।

পাঃ খাঙবা ঙমদে ঐদি।

(৩০)

## মতমগী লৈশা পাখং

লৈঃ হোঃ মতমগী পাখং অঙাওবা
শমকক শমখাক পামজদে
কালৈ মনম নমজনীংদে
খৈনি মকুপ চাইরক্লনু হৈনদে
জারদা পান খাদোকউনে
হাইরং হাইরং ফৈরেং তুরেং
নমজা নমথেক তুক্কচৈনে
পামজদেনে হন্দোকউনে চঙবীরক্লনু।

পাঃ হোঃ মতমগী লৈশা অঙাওবী
চিনবান খেঙাং তৈবিখৈ
পিশুম হামোক য়েকলিখৈ
খুজিন হিদাক শংলিখৈ
শাইনা শামৈ ঙামৈ মাল্লিখৈ
চঙকপদি হায়রুনু
হন্নমক্তবু য়েংজনীংদে।

অপুঃ ফিজেৎতি নখোয় ঐখোয় মান্নৈনা
পাখংস্থ লৈশাস্থ বেল-বোটাম জিন শেৎলিনা
হাইফেৎ য়েংলদি পাখংনি লৈশানি খঙদেনা
সিদগী হেন্না ফবা অতৈ লৈতেনা
মতমগী ঈরাংদা তাউথরকপা কৌশিংনিনা
থৎনন্নুসিদা শাউনন্নুসিদা
মতমগী য়াওন তুংইনবনিদা।

(৩১)

# তাইবং চেংজেল লোইরে

তাইবং চেংজেল লোইরে ॥
নোংমা কোরৌ অমগী য়াইফ পূংফমদা
শাখিবা খাংপোকশঙ নঙ ঐতনা
লৈহৌবা তারবোই নদোম তরক
মপাং কায়নথবী পোম্বীগুম।

নুংশি-নুংশি, পাম্মু-পাম্মু, চাক্লা-চাক্লা
কায়নবা তারেদো নঙবু
পুন্সী লম্মখাংগী চান্ন-মরূপ
চৎলে য়ারৌনু—নুংশিবী নুংশিবী।

তাইবং চেংজেল লোইরে
মপু মাগী লৈকোন্দা
ঐগী থবায় মিরেলদি
লৈরাং লৈনম ওই তিনথগে।

(৩২)

# লোইরমাল্লে তাইবং মপোক ঐগী

লোইরমাল্লে তাইবং মপোক ঐগী
কৌরকলে মতমনা খুৎলাম তোয়না
পন্থবা য়াদ্রে খামলগনু চান্নবী
চৎলগে পন্থুংফমদা তাইবং থবায়গী।

বৈতরণী তোর্ব্বান্দা মশেন মরাং উরিসে
থবায় চেক্লা শাখপ তোয়রকলো হায়না
লেপ্তুনা কৌরিসে পলেম খোঞ্জেল মাল্লি
ঐবু পোকপীরম্বী পলেম ইমা ইমা মাল্লি।

ইনা ওইরমগনি শোয়দনা ওইরমগনি
ইমাদি ঐবু লুনা তৌবনি
লেপলিসি ঐবু ঙাইবা ওইরিনি
ইমা! ইমা! নচা লাকচরে ইমা।

(৩৩)

# পাল্লবদা মিংচিগী তেন্না

হো: পাখং মায়থকপা
পাল্লবদা মিংচিগী তেন্না ঐগী
চেনবা ঙমখিনি খল্লিবা হোঃ অপঙবা
লেঙৰা য়ারোই খোঙফম নঙগী।

থৌনা পাঙ্গল লৈরস্থ
অঙম্বা নগুণ চেল্লস্থ
পাঙ্গল শোনবী নুজাগী
মিংচিগী তেনকাপ ককঙমলোই।

পাঙ্গল কল্লি হায়বসা
চাউথোকচনুকো নুজা ইকাদা
ঙারম থিংল' লেমলৈগুম
নমতুনা ফাগে ঙসিদি।

# হোঃ থাবা হোঃ শজীক

হোঃ থাবা হোঃ শজীক
হোঃ থাবা হোঃ শজীক
অপাম নুংশি লৈকোল লৈশেম্বী
অতিয়া মালংদা
কোরৌহনবগী মমোম ওইরিবী।

য়েন্নীং থা লাকপদা
কুমগী নোংস্থ য়ৌরকলে।
লাইজ লীক্লা ফংবদা
নওগী চান্নবী গুলাবলৈ
লৈরাং লৈশাৎ তম্লকলে।

নুংশি ঈথৌ লাংলবা নথংলেন খোইনীং
শাখপ তোম্বরকলে শানৌ নকা তম্লকলে
শকহেনবী নওবু গুলাবলৈ
থেকনা নৌনা কেজরো
লৈরাং লৈহী চূপহল্লো।

(৩৫)

## থব্বানমিচাক্সা কোঙ্গোল থিল্লবা

থব্বানমিচাক্সা কোঙ্গোল থিল্লবা
শংবান্নবা অতিয়া মালংনা থাগোল্লিবা
মালেম তাইবংপান অসিদা
থিয়ু অশেংবা থব্বায় ॥

লোইবা খম্বা নাইদ্রবা তাইবং খোঙচৎতা
ঊনাগী খাংপোকশঙ কয়া কয়া শেগায়রবা
ব্বানা ব্বানা শাগৎচৈ উচেক মহুমগুম
লায়না লায়না হুমদোকখি মালংনা।

কদাইদা পাইখিবা কদাইদা চৎখিবা
কনাস্থু থিরুদে কনাস্থু খঙলুদে
খাংপোকশঙ অদুদা লৈবনি থব্বায়
অশেংবা তাইবং থব্বায়গী থব্বায়।

(৩৬)

## ঈখৌ লাংলিবা

ঈখৌ লাংলিবা নঙবু ঙাইখো
তপথখোগবা কুমজা মপুং ফাখিসনু
হল্লকখিনি শোয়দনা বসন্ত ঋতু
মঙকাওননি মতমহৃদা নঙগী মঙলান।

তেংথাহ্নতা লৈরবদি কেল্লনি থম্মোয়
অশাওবনা অমাঙবা ওইরক্কনি
নুংশি মৈরিদি মুৎলরোই কৈদৌনুং
অহ্নবু অপান্বা মানা মাঙথ্রবা
মক্কপ কায়নবগুম বিদায় পীখো।

নীংশিংলিবরা নুংশি লেংগোল্লম্বা মিকুপতো
কয়াদা নুংঙাইজখিবা কয়াদা পেনজখিবা মানা
পুন্সী নীংশিং মিংশেলদা
ময়েক শেংনা তাহ্নবা লৈরি হৌজিকসু
মহুতবু য়েংজরগা পেনজরিদো মাদি।

(৩৭)

## ব্রাসু ঙাঙলরোই

ব্রাসু ঙাঙলরোই খোঙ্গুলসু লীররোই
কোলোয় মিংলেনসু পল্লরোই
খোঙ্গেল থোক্রবা থম্মোয়গী মৈচাকসে
চাকহৌরনি পুন্সী চূপ্পা ॥

নুংঙাইবতা ওইবিয়ু নঙগীদি
অরাবতা ওইজগে ঐগীনা
থাদোকপীরমলো ঐবু পীবিরমলো বিদায়
লেলহৌরসনু ঈংনা থম্মোয়দি নঙগী
কায়না মৈশা লাংদা।
চাউথোকপা মীওইদদি তমথীবনি ঐসু
অদুবু নোল্লুকচখি নকাদদি নঙগী
মতমদো কয়াদা য়াঙনা চৎখিবা
মিকুপতো কয়াদা নুংশিজবা
নঙনা ঐগী ইনাক্তা লেপ্লবদা।

নঙগী নুংশি মিৎয়েং ফংবদা
স্বোর ফুইনা হোনজা লেপচখি
ঙকলমগনি মীনুংশি খঙদবী মাদি
অদুবু ঙকখিদে ঐদি
ফংবদা নঙগী থম্মোয়গী পাউখুম।

(৩৮)

# মৈচাক নঙগী অকনবা

মৈচাক নঙগী অকনবা
থম্মোয় খোম্না চাকলিবা
লমজাউখোনগী লম্মৈদগী
থোইনা হেনবা মৈচাকনিকো মৈচাকনি।

মিৎকী পিরাং তত্তনা খিক
থম্মোয় মৈচাক মুৎহনগে নীং
নুংশি খোঙ্গুল মুৎথৎকে খন
থোইনা হেন্না চাকখৎলককনি মৈচাক্তি।

পাম্মু নঙগী মিৎলু পিরাং
মালেম লাইজ ঈশিং নত্তেদো
নুংশি খাম্বী মৈরি হেনগৎনবা
অকংশীংগী মশকপু লৌখরেদো।

(৩৯)

## কপখি ঐ কপখি

কপখি ঐ কপখি তেংথাখি খোঙ্গেল থোক্তনা
শিম্থখি লেপ্পা লৈতনা থম্মোয়নুংগী পিরাং
ননাক নকশিনবা ঙমদরে খল্লুবদা
য়েংজখি মিৎকুপতনা য়াহিপফমদা নঙগী।

কয়া চাকনা কয়া নুংশিনা
য়েংজখিবা নুংশি মায়থোঙ থম্বালদা নঙগী
মিৎকুপতুদা নুংশি নুংঙন ফাওখিবা
ফংলরোই অমুকহন নঙ ঐনা।

ৱাখলনা কোনখি নঙবু চেজেৎ
ঙাথরকখি নঙনা লেংবান্দা ঐগী
মিৎকুপতুদা মুৎখি মৈচাক নুংশি মৈচাক
তাউমিন্নখি নুংশি ঈপাক্তা মঙলৈবাক্কী।

# পুন্সী পন্থুং য়োৌরম্মদাই

পুন্সী পন্থুং য়োৌরমদাই
তাইবং খোঙচৎ লোইরমদাই॥
খোঙলোয় ওইরকপী চান্নবী
পায়মন্নুংদা খঙ্হোগবা অমুক্তা।

মীরোল হৈর তেনবাগুম
হুংশি চৈথেংনা
শোন্থহল্লবা থম্মোয়দা ঐগী
অৱা চৈনা পী কায়ন শৈশক্লবদি তত্তনা
মুজা নঙগী করম্বা পূকচেলনো।

তাইবং খোঙচৎতা নঙগা ঐগা খোঙবু ওইদ্রস্নু
ঙাইরমগেকো লাইরৈবাক্তা, উনসিকো লৈরমগে
অশি খাংপোক শঙগী শঙন্নুংদা
মিকুপ অমতংদি নঙগা ঐগা উনখিসিকো।

(৪১)

# থম্বাল পাংতা পোম্বী লৈ

হোঃ ··· হোঃ ··· হোঃ
থম্বাল পাংতা পোম্বী লৈ
লাইজ কোন্দা শাংপী লৈ
নুংশি লোইবী ঈঙাক থক
অপাম লোক্তা চাক্তাবী
নোংপোক খোইরাং তাউজীং হৈ
মালেম লমওক হৈরাং হৈথা হৈ
শজীকনি থাবানি পলেম পম্থোগী।

নাৱা হায়না কোলোয়গে
ইমোম হায়না মিঙ্গোগে
নাৱা ওইবী ইমোম নঙবু
লংনখিবা কুমজাবু খল্লুৰা
নীংঙমখিদে নীংঙমখিদে হো নীংঙমখিদে।

শমু খোঙকাপ লাওনা কানসি চংল্লু
পুন্সী পম্থুং তানসি চংল্লু
লানঙম ফিরান চিংখংসি চংল্লু
চংল্লু চেন্না চেন্না চংসি চংল্লু।

(৪২)

# পোইরৈ লমদমদি লমন্নুংশি

পোইরৈ লমদমদি লমন্নুংশি
নোংপোক পান্থোইবীগীদি শাইয়োনলম
কেগে কংলৈ লাইজকোন
পলেম শকয়েং ন্নুংশেল অহেনবী
ন্নুংশিখরেদা পাম্মুখরেদা হো কল্লকইদা ॥

চীক্লা নাইতোম ঙাল্লিবী
লাইজ ঈরেল অচৌবা
লোক্তাকনি ঈত্তাকনি ঈপাকনি
লোক ময়ামগী তাক্লফম লোক্তাকনি।

'থারাপ নহা লাঈরবনা য়োল্লম্বা
লোইবীত্তুবু অসিরনে চীংদোমপোক।

নোংদা লাইরেল পাখংবা
মগু য়োইমোংবা তাউথীংমা অনীনা
চেক্লা কাকয়েন মীঙম্বা
মতুপ অনী থোক্লা কক
পাবোৎ লোন লেংথোংননা পুরক
খিল্লম্বত্তুবু পাবোৎচীংসিরনে
হোঃ সিরনে ॥

থাঙ্গা কারাং ঈথীং শেন্দ্রা
মরম লমলেন্দি লমন্নুংশি
কাওরেন লুরুকচীং মানবী নাইথেংচীং
শামুকোন খোরীদাক নোংগাংখোং
কেগে শেন্দ্রা ঈরাইকোন
মিৎয়েং শাংখৈবিয়ুদা
মিৎয়েং শাংখৈবিয়ুদা ॥

কদায়দনো থমংখোং
পোইরৈ কৈদা লৈগ্রবা
শানৌ ইনেমচাগী হংগেলনা কৈদনো
শাবী মানজগী হিনাওনা কদোমদা ॥

কেগে নুংজেং লাইখুপাৎতা
শিঙেল মনানা ইশং শং
লৈরাং মপালনা ইঙাং ঙাং
শাৎলিবরা লাইজ ওংবী লৈরাং থম্বাল
পাউহংলকই—
লোইবী ওংবী শিঙেল উথম্বালনা ॥

খুয়োল হাওবা লাঙৈরবা
চরৈ ফিথুংদা থূপ্লশঙ খাংপোকশঙ
লোৎলম্বরনে পোইরৈসিদা
খাংপোকশঙত্তুবো ॥

পারি ইমোম কয়া
তরা চাকথুংদা চরৈ ফিথুংদা
লেপলিবা
থম্মোয় খাম্বী মৈহৌরে
লোক্তাক লাইজ ঈরেল থীক
খাম্বী মৈ মুৎপীররোনে ॥

(৪৩)

# শায়োল্লকপী শিঙেল লৈপাকলৈ

পাম্থোইবী নোংপোক পাম্থোইবী
পাম্মু মকাদি তামহৌরে
খাবা মরান পাংবা তারে
পাম্মু মকাদি তামহৌরে ॥

কায়নরমদাই ৱাংলেন্দা
শিন্থখিবা নুজাই থম্মোয় পিরাংনা
থৌদু নুংবু ফাওখিদো
পাম্মু মকাদি তামহৌরে ॥

তাইবং পোকপী মালেম্না
ওলহনখিবা নুজাই পিরেন অদুবু
শিঙেল লৈরাং তনৌবী
থোৎনা নৌবী তনৌবী
মালেম লৈমগী মমোমলোই
শিঙেল লৈপাকলৈ শায়োনহল্লে ॥

ইমাগী ইমোম !
হা ইমোম লৈপাকলৈ
ইমোম নঙদি শজীবু লায়েন-তা
কোংবা লৈথোঙ ফাৎলবদা
মালেম লৈকল লৈতেম তোই
থৌদু নুঙ্গাই ফাওদুনা
তাইবং কুম্মৈ য়াওরম্মো

পলেম নমা ঐহাকস্থু
ইনোমগী হৈনা নতুং ইল্লক্কে
ইমোম ইবেম্মা তাইবং ফাওরো
ফাওরো লাংলেনহন ॥

ফনেক্লা খোইদোম শেংলিঙৈ
কুম্লংনা নাদা চিল্লিঙৈ
কংলৈ পুংদা ওংখিবী নুজাও দে
পেম্মানা নাওশেকলৈগুম্বী
লৈনম্মা নুংশিরকপদা কায়নরেদো
কায়নজসনু লোইয়ুম্বা
হয়েংমুক্কী মপোক্তা
শরী ঙাকপা তম্বদা ৱাইথুংলুগে দে ॥

ইমাগী ইমোম লৈপাকলৈ
নোংমদোন লাইরৈবাক্তদি
শোরারেনগী লৈবাক্তা
মবুং তরেৎ মরক্তা
থাবা মদোম ঙানবগুম
নোংপোক নিংথো মশাইগোন
পাম্থোইবীগীদি মরানয়াই
মালেম সনা কংলৈসিদা
পলেম ঐনা য়োৗরক্ত্রিঙৈ
থাবা মাবু ওইতুনা
ঙাল্লম্মুকো লৈপাকলৈ ॥

নুমিদাং লৈকাই কোয়গনবা
তৌদ্রি মরোল চুমদবা
কনানো দে
চীংজাও লাম্না শনশেনবা
লৈপাকলৈ ইংখোল তনৌবী
শোক্কনু শোক্কনু শোক্কনু দে ॥

(৪৪)

## য়ারো শাদি শাদোমপোক

লোইবীনা পল্লোন খারিবা
লাইজ মাপলগী ঈতিনফম
লোক্তাক পাৎকী খারমদা
লোইবী চীংমৈ চীংখোঙদা
নোংপোক পাংবা চীংমায়দা
লাইজ ঈনোৎ ফংবা লম
শরেন ফুম্বীনা শন্না তাউবা লম
লোইবী চীংখোঙ তময়াদা
পাম্বা কৈরেন ময়ান্না
চাক্তারম্মী লৈরম্মী হায়বগী
কৈবুল লমজাউ নিংথোল্লি।

লাইজ চাদি কম্বোংনা
য়ারো মাগী চিন্দম্না
য়াম্বী থবায় হিংজবী
শরেন ফুম্বী 'থক্তা য়াতাবী
মালেম শাৎপী শকহেনবী
নোংপোক নিংথৌ মপারি
লুৱাং নিংথৌ পুন্সীবই
মশাবীদি শকহেনবা
মালেমদা অনী শুদবা
তাঙনা ফংবা শাদোমপোক।
তাইবং মীনা য়ারো শারু ভনখিদো

য়ারৌ মানা তাইবং মীবু পোকখিদো
য়ারৌ মাগা তাইবং মীগা
থানবা য়াদে মালেমদা।

মৈনা ৱাই তাংনা শম
তাংনা ৱাই মৈনা শম
ৱাঙম শুদোন্নংদা
তাইবং মীনা হিংলিখৈ
মাঙফব্রবা য়াম্বী শানি শাদোমপোক।

মাঙহনবা য়াদে য়ারৌ শা
শঙাই মাবু চেৎনা থমসিকো
মৈতৈ থৱায়নি থন্না য়োকসিকো
য়ারৌ শাদি শাদোমপোক।

(৪৫)

# পাখোংলৈ

ইদেন লৈকোল পোন্নলৈ
বাবিলন মালং লৈকোল শাৎনলৈ
পারসি লৈকোল ঙান্নলৈ
ক্লিওপেত্রাগী খোইনৌ চান্নলৈ
মার্ক-এণ্টোনি থম্মোয় মরাঙ হৌনলৈ
শকহেন খোইনীং মরু হুন্নলৈ
তাইৰং পূক্নীং হূনা শুমহৎলৈ
নুংশিজরুইদো শিঙেল নঙতবু
পামজরুইদো লৈরাং নঙতবু
থাজনীংবনিদো শিঙেল নঙতবু
নোংপোক পান্থোইবী লৈকোলদা।

অপাম নুংশি লাইরেম্বীগী মমোমলোয়
ফজবীগী মমোমনি নঙদি ফজবী।
শকহেনবী নুজা শকলোন লৌরিবী
অশৈবগী খোর্জেইনদি ঙকলি ঙসিস্তু ঙকলি।
অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ মরক্তা
নোংথাংগী মমাঙথা তান্নরি
মায়গৈ শালাই খঙদনা তান্নরি।
লৈরাং নঙতবু থেৎচনীংবনি অশৈবনা
লানঙম পজেং ফিরাল ওইনা।

(৪৬)

# থবায় মচা অনী

শিন্দম্বা লাকপনি মঙারক শুবা
থায়নগী ইতিহাসকী হায়দ্রাবাদ
নিযামশিংনা পাল্লম্বা হায়দ্রাবাদ।
শিন্দম লোইরে মঙানি চনবা নুমিৎনি
ইমান্নবী ইমান্নবা পুন্সী খোঙজেল অয়াংবা
নংহৌররোই মতানি চেন্নখ্রে চৎনখ্রে ঙন্না
তহা তহা পোৎয়োম্না মথং মথং।
ঐখোয় অহুম মরিতা মঙাইহৌরে
ফংদবনা নোংমদোন অপাইবীদা ফমফমলাং।

লৈহৌরিবা ঐখোয়গীসু চৎকদবা ঙসিনি
খন্দুনা লেপলি থোংনাও মপাদা
পায়তুনা য়োংকী থোঙজৈ অনী।
য়েংলি মিৎকুপ্‌তনা মহৌশাগী ফজবা
চীংদোংগী লৈতোংগী চীংতুমগী নুংতুমগী
নিম পাম্বীনা হোন্দোরকপা স্বোর মায়োক্না।

ঐগী মিৎয়েংফম্মক্তদা লৈরম্মী
খৈরোই মচা অনী তান্না তান্না
অমনা অমবু তানবি শাথিনা
অমতুনা চেল্লি মমৈ ফিরাল শা
শাউনীংলুই হাৎতোৎনীংলুই অতানবদো।

খল্লি শাথিখ্রেদা অমসে অতানবসে
তান্নে লোৎনৈ মচিঙ্গাক খুল্লি অচেনবনা
য়োৱকপনা হাল্লি অতানবনা ঙমতক তৌই
অচেনবনা চিকলিবা অচাপোৎ লোইবা নংহৌদে
চেনখি য়াঙনা লোৎলুই উনা মরুমদা
স্বোর থবেৎ থবেৎ মমিৎ তরু তরু পাঙ।

য়োৱকই অমত্থু য়েংনৈ তান্নে চীক্লৈ
চোংই নানথোকখি লাপথোকখি ফংদে তান্নবা
লোৎনৈ অমনা অমদগী উদনবা
উন্নদ্রস্থ খোইরাঙৈন লাঙতকনৈ থিনৈ।
অস্থন্না খৈরোই মচা অনীনা তান্নবদো
য়েংঙি পুং অমরোম পোৎথা পোৎথা
নৌহৌনা নুংঙাইবা অমগা লোয়ননা।
মখোয় অনীগী নুংঙাইবা কুম্মৈ মচাদো
মখোয়গী শান্নবা মশান্না খৎনবা মখৎনা
মরোল মরিদি খঙবা ঙমদা।

কাইনথংদা মখোয় অনী য়ানখি
খৎনখিদ্রে ফুনখিদ্রে চীক্লখিদ্রে।
মিৎলু পিরাং ঈচেন্না খাঙজখি অমনা
অমত্থুগী পামজবা নুংশি চৈনা অথেংবী।

ঙসাইমখৈ তান্নরমলিত্থুগী মরম খঙলকখি
ওইরমলে কেনজবা থৱায় মচা অনীত্থুগী।
থম্মোয় থম্মোয় তিন্নজবা ফংলবদা
কয়াগী মতীক পেন্নজখিবা অনীনা।

তুং মাঙ চেনখৎনখরে অনীদো
তোংলুরে কারোং অমগী উশা নাম নামদা।
মায়োক্সা শংত্রিক শংত্রিক য়েংনৈ
অৱাবা হন্দোক্লখি তুমিন তুমিন।

খঙলক্লবদা কয়াগী মতীক ইকায়খিবা
কেনজববু খৎনরিনি থল্লুবা ৱাখল
শাউনরিনি নীংলুবা পুক্নীং কয়াদা লানথ্রবা।
মিকুপতো তাংজ ফিরুক থুমলেদো
মিং না চেজেৎ উইশিন খাঙখি ইকায়বা।

(৪৭)

# চেংলৌ হেনবী মুজাদো

চেংলৌ হেনবী মুজাদো
লাঙ্গৈরকোন্দা পোকপীনি ॥
চরাংলক্কা শাংপী থরোনি
রারক্কী তয়াল অঙাংবীনি
নারক্কা শাংপী কেতুকিনি
মোংঙাল্লমদাই থোকপী থাবানি
থাবলদা শাংপী থাবল্লৈনি
অয়ুক্কা শাংপী শিঙ্গারৈনি
মেলৈ লৈস্না নোংজ্রুনপাননি
কাঞ্চা লৈহাও লৈরেলনি
তখেল্লৈ চিগোংলৈ নাচোমনি
রাকচীংদা শাংপী গুলাবনি
য়ারল পাংকী কোম্বীরৈনি
চীংগী থম্বাল উথম্বালনি
শুমাংদা শাংপী মালিকানি
কালেন্দা শাংপী লৈপাকলৈনি
শিরোই চীংগী লিলিনি
ঐগীনা স্নুরনি থম্মোয়গী।

# নীংশিংলকই হৌখ্র মতমগী নুংশি ৱাহৈ

নীংশিংলকই হৌখ্র মতমগী
নুংশি ৱাহৈ খোয়থুম্নবি কয়াবু
পূন্নমক মীনম্বা ওইরম্লবা
নীংঙমহৌদেদা নীংঙমখিদ্রেদা ॥

শাগৎচরুবা আশাগী ফুরাদো
লৌনম ৱাহৈগী চৈনা ফংবদা
নীংখায়খরে মাঙখরে পূন্নমক
পাম্মুখ্রেদা পাম্মুখরে ।

লূপখ্রসনু ঈরোলনুংদা
শৈহৌদা কায়খ্রবনি নুংশি শৈশক্তি
লৌনম্বী মাবু করিগী নুংশিরুবা ।

তাজনীংদ্রে লৌনম ৱাহৈদো
থদংচরি লৌনম লাংদো
তৎলবনি পুন্সীগী ওইনা
থদংলবনি তৎলবনি ।

(৪৯)

# ইকায়বা ফংদুনা নীংবা কায়রবরা

ইকায়বা ফংদুনা নীংবা কায়রবরা
নঙবো লোইয়ুম্বা নঙবো
ওইহনবীয়ু পীক্ল' অপাম পাৎপু
পাক্ল' চাংজৌ নাইদ্র হুংশি ঈপাক।

সমাজনা মকহল্লে ঐবু
চৎনবীনা মাঙহল্লে ঐবু
পঙনা হিংজবী ঐনি
চম্না লৈজবী ঐনি।

নঙবু ঐনা হুংশিজবসে
ওলহনবীনু পাপকী শক্তম
লৌহনবীয়ু অশেংবা হুংশি শকলোন
অশৈবগী থৌর' খোর্জেদা।

(৫০)

# নুংশি লীচিং অকনবা

নুংশি লীচিং অকনবা
খাঙবা ঙমনি খল্লম্মী মতম অমদা
অত্নুগা ঙসিনা করি ওইরবা।

হংলি তপথদরবা থম্মোয়না তোয়না
খাঙবা ঙমদা চাকনা চাকনা
লেনবা তারবোই পুন্সী ঐগী।

পুন্সী রাশক ঙাক্লনবা ঐগী
পেম্নবা থম্মোয় নঙগী
লাপথোকচরে পাম্মু নকাদগী।

হন্দক মপোক অসিমগীতা নত্তেকো
মপোক লাঙোন লাঙোনগীনিকো
কাউবিগনুকো পুন্সীগী ওইনা।
লেনজরগে ঐদি চাকনা চাকনা অস্নুম।

# তাজনীংদে ৱারী অকল অথোগী

তাজনীংদে ৱারী অকল অথোগী
য়েংজনীংদে নিংথৌরেলগী শক্তি ফুরা
পামজরুইদো উনাগী লাঈর খাঙপোকশঙতবু
নাৱা ওইরিঙৈগী নুংঙাইবা পুন্সীতবু।

খুইথরবা লাইবক্তা কৈদৌরুনি লুহুপ
লৈমন চল্লবা লৈরাং কংলবা পরেং
শিজনীংদে হুকপীরক্নু লাঈর ঙকশমদা
পামজদে মিংচৎ মিহৌরুদে লনথুম।

পামজরিবদি ঐহাক্না সুপ্নগী অমখক্তনি অমখক্তা
শেংলবা থম্মোয়গী নুংশি মিৎয়েং মাগী
ঐগী থম্মোয় ফাওনা য়েংখিবা মিৎয়েং
মহাক্না ঐবু নুংশি খনখিবা মতুমখক্তনি।

খিজরুবা অপাম্বদো ঐগী ফংজখি মঙোন্দা
লামায় থনখি ঐগী পুন্সীগী ইতিহাস
মাগী মিৎয়েংনা মাগী মিৎয়েংগী ৱারীনা
খনখি মতুতবু নুংশিবনি মতুতবু মিংচৎনি।

(৫২)

## মোংফমদা নঙগী।

পুত্থনা লাকলে ঙসি ঐহাক্না
নীংঙমহৌদ্রবা ঐগী থৱায় হকচাং
পেলহৌদ্রবা ঐগী থম্মোয়
লেপলরে মোংফমদা নঙগী।

লৈতংগায় মরক্তা থৌঙইবিদা কনানস্থু
খোমলেন তুমখুল তাল্লিদো নঙদি
থম্মোয়নুংগী পিরাংনস্থু চোৎঙমদরে
কৌজবস্থু ঐনা খুম্বীরক্তরে নঙদি।

থৱায় শোক্না ৱারৌথি নঙনা
ৱাখল থেনখিবনা হিংলিঙৈ
খঙজবা ঙমহৌদ্রে ঐহাক্না
ৱাংলবা আশাদো নহাক্কী।

মালি অতৈগুম ঙমজখিদ্রে শেমজবা
পামজরম্বা লৈকোলদো নহাক্না
থাজরিবা পাম্বীসে শেংলবা, মোংফমদা নঙগী
চাইজগনি লেপ্তনা থম্মোয়গী পিরাং
হিংলিমখৈ তাইবংদা ঐহাক্না।

(৫৩)

## মিৎয়েংদি ঙাওরিনে

মিৎয়েংদি ঙাওরিনে হনবা লৈত্রিনে
য়েংলকউদনা ঙম্লদি মিৎচানসি
করিগী কিন্নিনো য়েংলকউনে
সে অমুক্তা য়েংলকউ মিৎচানসে।

শানৌ মানা খুমলকখি—
ঙমজরোইয়ে য়েংবা ঐদি
নুংশি কিশি কিজরে
পুনজরে পুন্সী লৈপুল
মপোক লাঙোন অসিমগীনে।

পাখং শামায় লৈগে খল্লদি
নুংশি কিশি হন্দোক্কে নীংলদি
নিংঙোলগী পাপ পুজনি
লৈকংলাগুম লেনজনি পুন্সী নঙগী।

(৫৪)

# কনানসু থোওইবিদ্রবা

কনানসু থোওইবিদ্রবা কনানসু য়েংশিনবিদ্রৱা
চীক্লবা মোংফমসিদা ঐগী
আতরগুলাব অমতসু শাৎখিদরে।

খোইনীং অমতসু পাইরখিদরে
ঈশৈ শকপীদরে কৌজেং হারৌনফাও
মুংশিবা মক্কপ কনানসু লাকপীত্নুনা
থাউমৈ থানবিদরে অমম্বা কোক্লবা।

কুরাক অমতনসু করিগুম্বদা পাইরক্তুরে
মশা চাকথেকহনগে খন
অসুম্না খনখিবা ইদোম লেনজগে
পামজখিবা খিবিক্তো থোক্লরে— মোংফমদা ঐগী।

(৫৫)

# অপাম মৈনা মৈরিথোক

অপাম মৈনা মৈরিথোক
নুংশি মাগী ঈখৌলাং
খাম্বা ঙমদা থম্মোয় ঐগী
খোঙদোই হুনখি উনীংবনা।

থাংদোকচৈ খোঙফম তপ্পা তপ্পা
তাররোই খঙনা খঙনা কনাস্থু
চারগী পৌরোল শৎচখি
থোঙগী নাতৈ কাঙজখি।

লেপ্লম্মী মাস্থু তুমিন
খংপ্রেক খংপ্রেক খংনৈ
থম্মোয় তনীক তনীকনৈ
খঙনরক্লু খঙহন হন্দোকনৈ।

(৫৬)

# হৈনবী মিৎয়েংনি ঐগী

হৈনবী মিৎয়েংনি ঐগী
পামজবা মীনোকনি ঐগী
মিৎয়েংগী পংখৈদা লৈরম্বা পূম্নদা
য়েংলুই অসুম্না নুংশিরুই অসুম্না ।

অতুবু অরেপ্পদি থমজদে কনাগুম্বদা
থিজনীংদে ওইজবা পুন্সীদা ঐগী
কাইহৌরকপা মিৎয়েংদা নুংশিরুবদি
মশীং থীঙমদে মশীং লাকঙমদে
মতুংসু কনাগী মরাল নত্তে ।

মসিনা অপাম্বনি অপেনবনি নুংঙাইবনি
শেমজনীংদে পুন্সী কায়দোং অরেপ্পা
শেমগেস্নু খন্দরে শেমসু শেমলরোই
তনৌ তনৌনা লৈরসনু পুন্সী চূপ্পা
আশা ময়োলদি ঐগী ।

(৫৭)

## কায়খ্রবা পুন্সী হিরেলগী

কায়খ্রবা পুন্সী হিরেলগী
তাউরি হিরুবাক মচেৎ অমা
কায়ন ঈপাক্তা লুফেৎ লুফেৎ
লাপথোকখ্রি অস্থুম অস্থুম
থম্মোয় লাঈজ ঈনোৎ হাপলিখৈ।

তাইবং তেংর্ব্বান থাদোকখ্রবনা
মাবু তান্নবস্থু ফংলরোই
ঐনা তান্নবস্থু ফংলরোই
চিংনা য়েংলম্বা লোইরমদাই মিংকুপ্তা
নুংশি করি পাউদমলমগে খনখিবা
পীঙমখিদা পুন্সী য়াহিপ তানখিবা।

য়াতাফমসিদা পুন্সী নহাক্কী
নীংশিং শঙলেন অমতস্থু শাগৎলরোই
হৌজসনু লমলক্কী হৈরাং
শাৎচসনু নারক্কী লৈরাং মনীংতম্না
ইমিং পেন্না য়েংজগে মতুতবু।

(৫৮)

# শুমহৎনীংঙাই ওইবা মখৈ

শুমহৎনীংঙাই ওইবা মখৈ থম্মোয়গী
উৎথোরকই মিৎয়েং অমদা মহাক্কী
মতুবু খল্লুই লেঙদ্রবা ৱাশকনি মাগী।

আশানা থনখি থম্মোয় ঐগী
পনখৈ লৈখিদে মিকুপতো নুংঙাইবগী
লাৎচখি লাইরেম্বীগুম মহাক্কবু।

থাদোকপীরম্লবদা লাইরেম্বী মহাক্না
চোংখিদরে আশাই অনৌবা য়েন্নীং
তেকখরে অপাম্বগী লৈয়োন।

পুমকোক কোকহৌই করিস্থু য়াওহোদে
চাইথোকখি লৈজরম্বা পুন্নমক
লৈঙোই শেক্তা মথক্তা লৈকংলাগী।

(৫৯)

# নুংশিনবা কায়নবদা থম্মোয়সু কায়

নুংশিনবা কায়নবদা থম্মোয়সু কায়
নুংশিগী আশা মাঙথ্রবদা পাম্মুরক্তে থরায়।

অদুবু নুংশিনবা থুংনরবদি
মরুম থুপ্পা লৈমিন্নরদি পুন্সী চূপ্পা
নুংশি শাখপ তোয়রম্বদো লেপখি।

নুংশি চেল্লাগী শাগন-তুফাংদা পাল্লম্বা
তুগী তুবুম পূম্বা কেনখি অমমমতা ওইনা
পুমকোক কোকহৌই পাইবা ঙমখিদে।

পাইঙমখিদবনা নুংশি শাখপ তোয়দরে
পুন্সীদা বসন্ত ঋতু হল্লক্তরে
থম্মোয়দা অনৌবা য়েন্নীং চোংদরে।

(৬০)

# মৈতৈ পোকপী পলেম

তাউরি তুম্বক তুম্বক লম্না লম্না
পাক্ল' লোক্তাক লাঈজ ঈমায়থক্তা
খাঙপোকশঙ মচা মচা শেগায়রবা।

পলেম মানবী ইমানা হোল্লি হিনাও
পুঙমদা পোৎলুম পুরদুনা থাখলগী
তমখ্রি তান্নখ্রি তাউরিবা খাংপোকশঙ'মা
তান্নরি লমজেল খংগোন পাঙ্গনবগা।

পলেম নঙদি থারিনিদা অপোকপী
থম্মোয়নুংদা ইতোম্নতা শোনজখি
কনানসু তাবিদা কনানসু খঙবিদা
হোনখ্রি তান্নখ্রি লমজেল পলেমদুনা।

আঃ পলেম থৌনাফবী নহাক্তি
মতৈ পোকপী পলেম ওইরেকো।

(৬১)

## চুখৎপীয়ু মৈরা

চুখৎপীয়ু মৈরা থানবীয়ু মৈরা
ফংনবা মঙাল উনবা লম্বী
তাইবং পম্বুং য়ৌনবা লম্বী
মীওই মপোক্লা তাইবং পুন্সীনা।

তাইবংগী অৱা নুংঙাইবনা
পুন্সী পম্বুং নত্তে মীওইবগী
তাইবং খোঙচৎতা মীওই মপোক্লা
তান্নরিসি করিনো করি তান্নরিনো
হংবা য়াবা ৱাহংনি
পুন্সীগী ৱাহংনি।

অপাম নুংশি থুংনবতনা
পুন্সীগী নুংঙাইবা ওইরমলোই
খম্বন চাউরবা তাইবংনা নৈহৎপীরবা
তোনদা তোল্লবা মীওইবগী পুন্সীদা
নুংঙাইবা অপেনবা করিসু লৈরমলোই।

(৬২)

## করম্বা পোৎশকনো নহাকসিবো

তাইবংদা শকউদবা
মালেমদা খোঙ্গুল তাদবা
মালংপান্দস্থ লৈতবা
নমুতাইবংমিৎনস্থ উঙমদবা
করম্বা পোৎশকনো নহাকসিবো ।

পূক্লীংনা শাগৎলি শেমগৎলি
লাইরৈবাক্কী মপারী মমোমগুম
নঙগী শকওং শক্তম
লাইয়েকপনা য়েকপা ঙমদে
মহৌশানস্থ শেমঙমদে ।

তাইবং মীওইবা ঐখোয়না
তান্নরি ফংনবা নঙতব্
ফংবা ঙম্নদা নীংবা কায়নরি
ঙাওনা ফৈনা চেন্নরি
মায়গৈ শালাই খঙদনা ।

থিনরি লেপ্পা লৈত নঙতবু
মীওই পূক্লীং শুমহৎনরিবা
ফংঙমদ্রবা নঙগী শক্তমবু
পোইরৈ কৈদা ওংবনো
করম্বা পোৎশকনো নহাকসিবো ।

(৬৩)

## তাইবং শেম্বা মপু

হে তাইবং শেম্বা মপুও নুংশিবা
লঙজরুবা ইরালনা তিংখং ওই
যুগ্রবস্থ মিৎস্না থম্বালদা নঙগী
শোকগ্রবস্থ থম্মোয়দা নঙগী
চঙজরকলে নখুয়া থম্বালদা ঙসিদি
নিজরি হন্না হন্না ঙাকপীনবা।

তাইৰং নাপলনা নমহৎখি
মিৎতাঙবগুম লৈরুরবা ঐহাক্না
উজবা ঙমলুদরে নঙগী নঙাল
লৈখা তারক্লবা মতম অসিদা
খঙজরক্লে নঙগী নতীক নয়াই
নিজরি হন্না হন্না ঙাকপীনবা।

নাপলনা মথোই কারিঙৈ
চাওথোকপনা খুৎলায় ওইরিঙৈ
নুংশি শাশিন্নরম্বা মরূপ খিরিক্লো
চেনখরে ঙম্না লৈত্রে অমতা
নঙদা ঙাইহৌরে হৌজিক্তি ঐগী
নিজরি হন্না হন্না ঙাকপীনবা।

(৬৪)

# অনৌবা য়াওল অনৌবা থৌরাং

অপুঃ অনৌবা য়াওল অনৌবা থৌরাং ॥
ভারত পম্বৌ মহাত্মাজীগী
মপোক কুমওন নুমিৎতা
লাউথোকখরে ভারত শীন্না
লাঈর-লাঈনা কোক্লবা কোক্লবা
অনৌবা থৌরাং অনৌবা থৌরম ।

পাঃ খুনজা নহারোল শেমশাজরে
শন্নক য়ারগে চোংথোকচরে
নৌরেল খুৎতা পায়দুনা
ৱাকয়ৈ হিবু তোংদুনা
লোক্তাক ঈপাক্তগী লেমলৈ ঙাবু তানজগে ।

পীঃ খুনজা চনুরা খ্বাংজেৎ মচি লাংজরে
পাৎতা কুমজগে ইনজিং লোংবু খোনজগে
লোক্তাক মিংশেল তোর্ব্বান্দা
শাহনগে ইনগী জগোয় ।

পাঃ লাঙ্গোল খুৎতা পায়দুনা
পাঙ্গল থেকনা খোইজগে
লৌরোক মহয় চুম্নবা লাঈর-লাঈনা কোক্লবা

পীঃ লৌবুক্তুবু কুমজগে লৌরিং শিম্থা য়াওজগে
পাঙ্গল তেংনা শুজগে
লাঈর-লাঈনা কোরুবা কোরুবা।

পীঃ তেক-তাক তোক-তাক
পাঙনদেম জগোয়না শাজগে চরৈফি
তেক-তাক তোক-তাক
কোরৌ চূপ্পা চরৈফি নমখাংফি শাজগে ইনফি
মোইরাং থোইবীদগী হেন্নবা।

(৬৫)

# ঈতিন্নীং পাক্ত পাকপা ঈপাক্তা

লোইবী চীংগী চীংমায়দা
কাপখৎলি লাইজদো ঈফুৎ মাগী
নোংমদোন অতিয়া তম্নমক্তবু
লাম্লেংনগে মতাগুম থরানমিচাক্কা
তারক্নি খঙনা খঙনা মালেমদা অমুক্তহন।

হাইথরক্লে তারক্লে মিৎকুপ্তা
চোম্থখরে লৈখাদা আদা অনেম্বদা
লাপনা লোকচপতা লোকখাদা
কুৎতা কুৎপা লৈকুৎতা লৈরাইদা
নীংবা কায় হল্লক্লরোই মতাগুম।

মাহুনা মাহুনা থিরকই লেপ্পা লৈতা
য়েংলকই নেমদা নেম্বা মফম
য়াঙনা য়াঙনা চ্যেনখিগে খন
লেঙদনা লৈনীং পুন্সী চুপ্পা
ঈতিন্নীং পাক্ত পাকপা ঈপাক্তা।

(৬৬)

# নুজাত্বু উরুবদা

নোংলৈ নুংশিং মরক্তা অপাম নুংশিগী
নীংঙমদা মায়থোঙ পুরত্বুনা নুংগী মৃত্তিগুম
নদোম তরক লেপলিবী নুজা নঙবু
নথংলেন কনা মকাদা ওইনরিঙ্গা।

থাজ মানবী মায়থোঙ থম্বালদা
চিন্তাগী তাউজিং হৈরাং পাল্লিবা
মিংসা থম্বালদা শিন্দুর ঙাংশং তৈরিবা
নথংলেন কনা মশুংলাংগীনো।

নুংশি লৌনস্বীরবা য়াওরবদি
অচাকপা নুংশি থাস্বী মৈরিলক্তগী
নুজাগী নুংশি থরায় কনজগে
শানৌ কোলোই নপাউ শেংলম্মু।

(৬৭)

## পাম্মুখ্রেদা শরিশো

পোইরৈ লমদমদি লমন্নুংশি
চীংখৈ মাগীদি মশাইগোন
শাৎলমলেনে লৈরাং অমা নুংশিবী
নুংশিখ্রেদা লৈরাং মাগী লৈনমদো ।

কাউবা য়াদেদা চেংলৌ শক্তমদো
পাম্মুখ্রেদা শরিশো
পাম্মু ঐগী থম্মোয় হুখিদা
লৈনম্মা লৈকায় শাৎখিদা
নুংশিখ্রেদা লৈরাং মাগী লৈনমদো ।

পশোৎ পূকচেল অপানবা
থম্মোয় নঙগী থম্মোয়নুং
পায়মা নঙগী পিবুকনুং
লেনজরগে হন্দক লাঙোনসিমা
নুংশিখ্রেদা পাম্মখ্রেদা শরিশো ।

# ফজবীগী মমোম্না নঙবু ফজবী

ফজবীগী মমোম্না নঙবু ফজবী
মিত্রংগুম থোকখি ঐঙোন্দদি
উরুবদা হেল্ল' চেংলো নঙগী ।

মালেম লাইজ ইপোমগী সুরদা
তাখি নুংশির' শৈশক নঙগী
সমুদ্রফাও লেপখি কল্ল ঈথক
শুমহৎখি তাবদা খোঞ্জেল নঙগী
মলয়াসু মঙখি মঙ
খোমলেন মিকপ তান ।

তাংলো লৈনা খেঙল' অহাংদা
থোকপা থাজ মাসু তেংথাখি
চারু' থম্মোয়গী লিক্লাং পরেং
হুকচগি ফজবী নঙগী ভকশমদা
থবায় হকচাং লেঙদনা লৈখি
নাবানা পলেন মথাকোন
খোমলেন মিকপ তানগুম ।

তাবদা খোয়থুম্নবী শৈশক নঙগী
ফাওরকখি ঈহুল অমা থম্মোয়নুংদা
কারকখি নুংশি ইপোম সমুদ্র ঈথক্কুম ।

(৬৯)

# থম্মোয়গী সুরনি নঙদি

থম্মোয়গী সুরনি নঙদি
আশাগী লৈয়োলনি নঙদি
থাদোকপস্থু ঙমজরোই
কায়নবস্থু ঙমজরোই।

থবায় য়াওদ্র' খোঙ্গেলদৈ
পল্লেপফম খঙদ্র' ৱাখলদৈ
মরী তৎলবা বীণাদৈ
থোক্লকলোই নুংশি সুর।

সুর নঙগী ৱাখলদা
হিংজরি পাংদ্র' থবায়সে
পানজরি তোল্ল' মপোকসে
থোকহনবীয়ু নুংশি সুরদো
তৎহনবীনু থম্মোয়গী বীণাদো।

(৭০)

## থিজরুবনি পামজনা থব্রায়না

থিজরুবনি পামজনা থব্রায়না
নুংশিরুইদো খোয়দাজনা নঙতবু
লোংতুনা থগজরিদো পাম্মুনা
থম্মোয় লৈকাদা চেংলৌ নঙগী নুংশিবী।

শেংলবা পুকচেল চম্লবা ব্রাখল
লূরবা থম্মোয় নুংশির' লমচৎ
মিতারোইদবা কনা লৈবগে
মিতারুরে ঐহাকসু নঙবু।

নুংশি মিংয়েং অমনা নঙগী
থম্মোয় খুদিং চাকহল্লম্বা
কনানা তম্বীবা করম্বা
নুংশি লাইরানো নহাক্কী।

# লোনথোক্তবী মরূপলোই

মুংশি খোইরোই ইতারোই
হাদ লোনথোক্তবী মরূপলোই
মিৎস্না থম্বালবু ঐহাক্কী
রাশি হাপ্পীরিবী চান্নবী।

থংলেন মানজ মাগী মকাদা
মুংশি কাইহৌরুবা ঙম্লিসে
থম্মোয়গী তেনকাপ চুমলিসে
চান্নবী নঙগী নপাম্ননিকো।

তরং লাইজ শিস্থনা
মুংশি মুংঙন শক্লোন উচ্চরিসে
খোইনৌ ইতাও চান্নথোইরবী
ঙমহনবনিকো নহাক্তনা।

# ঐগী ব্রাখল লৈকোলদা

ঐগী ব্রাখল লৈকোলদা
নাইতোম তরক শাৎলিবী
শিংঙেল নঙবু মুংশিবী
খোইমু কনাবু ঙাইরিবা।

কোরৌ নোংচুপ চীংয়া থাংখরে
ইন্নুং মম্বা থুংলরে
লাক্লরোই পাইরক্লরোই লাক্লরোই
নথংলেন খোইমু পাইরক্লরোই।

নীংজবা আশা কায়হনা
লৈকংথক্তা লৈকোলগী
লৈরাং লৈকা চোইনা চোইনা
কেন্দুনা তাবদো য়েংবা ঙমজরোই
ঐদি য়েংবা ঙমজরোই।

(৭৩)

# লৈরাং লৈশাং তম্নররোই অমুকহন

মুংশি চান্না মরূপ কয়া লাকনি
নাপচীক্না মুংশি বারী লীরনি
কায়র' থম্মোয় য়াবা পাউদম্ননি
কনানস্থ নীংঙমদা বারীদি ঐহাক্কী
তম্নররোই অমুকহন
মুংশি নকাদা শানৌ নঙগী।

লৈরাং কয়া নৌনা শাৎলনি
মুংশি ঈচেল কয়াস্থ চেল্লনি
মুংশি শৈরোল কয়াস্থ শক্লনি
অদুবু লেপগ্রগনি মুংশি ঈচেলদি ঐগী
চেল্লররোই অমুকহন
পুন্সী লৈকোলদা নহাক্কী।

নীতি মুমিৎ খুদিং লেপ্তুনা
খুরুপ থৌ থোরকনি কোরৌহনবা
ঈংলবী থাজ নোংইন ঙাল্লকনি
পীরগনি থৌজাল মঙাল লেপ্তুনা
অদুবু আশাগী লৈরাংদি ঐহাক্কী
লৈরাং লৈশাং তমলররোই অমুকহন
পুন্সী লৈকোন্দা নহাক্কী।

# ইদোম হিংবা ঙমজরোই

ইশানৌ নহাক য়াওদনা তাইবংসিদা
পাখং ইদোম হিংবা ঙমজরোই ।

নূরাগী চেংলৌ শক্তম উরুবা কোরৌছুদা
শিন্নথ্রবনি মুজা নকাদা থম্মোয় ঐগী
লেপথ্রবনিদো পাখং পুক্নীং থৈনা
শানৌই নুংশি পোৎলুম কোকথোংনজগে।

তাইবং কনাই য়েক্ক শরৌবু কিখিবনা
নদোম পুন্সী চাক্না লেনগে খন
শরী পন্দোন লোমখিবা শানৌনা
মুজা পায়মা লীংজেন থামল্লিকো ।

মুজাই নুংশি থরায় চেক্লানা
মদোম তরক পাইথ্রস্থ নোংদোনতম্না
মালং অতিয়াগী লৈচিন পোমায় হাং
শানৌই হৈনা তুংইল্লক্কনি পাখং ঐস্থ ।

(৭৫)

## তাজরে উজরে ঙসিদি

তাইবং খোঙ্গুল তাত্রিলম
ঈথক্লা তোর্ব্বান্দা য়বগী শৈরোল
মালং শউম ঈরোয়না শক্লকপা
শীংনাংশিংগী মুংশি তৌদ্রি সুর
তাজরে উজরে ঙসিদি

চাংজো নাইদ্র' ঈমায়থক্তা
য়বদা কোরৌ অকনবা মৈশানা
কুপলকপা নোংথাংগী মঙাল্লা
পীরকই আশা অমা অনৌবা।

কাওরকই ঈহুল অমা থম্মোয়দা
অতোপ্পা থম্মোয়গী থম্মোয়তুনসু লাক্কনা
য়াবিররবদি করিগুম্বা নুংঙাইবা শক্লকনে
কয়াগী মতীক পেনজগবা ঐহাক্না।

(৭৬)

# কায়রবা থম্মোয় অনী কায়নবদা

কায়রবা থম্মোয় অনী কায়নবদা
পিরাংলক্তা তুমিন তুমিন চীক্লা
থম্মোয় থম্মোয় পাউদম্লা
শমু লেংগোন চুপ্পখিবা অরোইবা ওইনা
অৱা মিকুপতো পুন্সীদা মতুতনি খনখি।

অয়ুক্কী লীক্লানা চেন্থরকখি লাইবক্তা
চোংখি পিশুম অনী মতুবু খনখি
ঐনা ৱারিসিগী শৈহৌনি হায়না
নঙগী ৱাশক পুন্নমক থুগাইখি নঙতনা
মতুনা ওইখি নঙগী অপান্বা।

তত্তনা তারি নুংশি য়াৱা নঙগী
তত্তনা উরি নুংশি মায়থোঙ নঙগী
নঙবু ঐনা নুংশি খঙভি হায়সে
নঙবু মুন্না খঙবা কনানসু খঙদে
কুমজা য়াম্লবনি নঙবু নীংজরিবা ঐনা।

নঙগী থম্মোয়না কাউথোক্কে খল্লবা
নঙগী থৱায়না মীনমগে নীংলবা
অতুফাও
কুমজা কয়াগী তুংদা উনবা থোক্লদি
করিগুম্বা
খল্লি নঙবু ঐনা করম্না ওক্কনি
ৱাহৈনদি ঙম্লরোইকো ওকচবা
অতুবু
ওকচগনি থম্মোয়গী পিরাংতনা।

(৭৭)

# থম্মোয় চেক্লা মানা পাইঁখ্রবদা

থম্মোয় চেক্লা মানা পাইখ্রবদা
পোম্বী মাদি শাগন তুফাং য়েঙমদরে
চেক্লা মাগী খোঙ্গুল লৌঙমদরে।

সুংশিগী লমদমদি তামখরে
পোইরৈ লমদমদি লাপখরে
চেক্লা মাদি চীক্লা লৈখরে।

চেক্লানা তাম্না লৈখিবনা
পোন্দা লৈবা থম্মোয়না
পোনগা য়াওনা চেক্লানাক্তা য়োঙমদরে।

(৭৮)

# পুন্সী খোঙচৎ

তাইবঙপান পুন্সী মতম
ঙকইদকো নখোয় অহুমসে
পুন্সীগী অরোইবা খোঙফমদা লেপলি
কাগে খন মতমগী অরাংবা চীংদোন
য়েংনীংতুনা হোৎত্র' মতমগী মুংঙাইবা দৃশ্য ।

অত্তুবু কদায়নো উবা ফংগ্রে অমত্তা
নহা ওইরিঙৈগী হরাও তয়াম্বা
অপাম্বা মিহৌবা মুংশিবা কপনীংবা
য়েন্নীং থাগী ফজরবা কুম্মৈ
কালেনগী ঈংলবা মালংগী শউম
পুখরে মতম্না ঙম্না লমদম তাম্না
মতম্না মমি শামহনখরে পুম্নমক ।

পাকলবা সমুদ্র ঈপাক ঈরানবা
চাউরবা হিমালয় চীংজাও ফুকপা
ঙমনি খল্লম্বা পাঙ্গল থৌনা শক্তি
ফজরম্বা শকক্ষম কল্লম্বা পাঙ্গল
লৈজরম্বা লনথুম ফুরা দলান
ক্যায়দা চৎগ্রে কদায়দা লৈগ্রে
মতম্না মমি শামহনখরে পুম্নমক ।

কাবা ঙমদবনা মতমগী অরাংবা চীংদোন
নীকলে থম্মোয়সে তনিক তনিক
লোরবা খোঙ্গেলগী শৈশকপু
কনানা তাবিগদৌরিবা নীংশিংবা নত্তনা ।

(৭৯)

## থম্মোয় মৈচাক হেনগৎনবা

লৈকংলাগুম কুমজা কয়া
লেল্লুরবা পুন্সী ঐগী
কংলুরবা আশাই পামেল ঐগী
শেংলবা লুরবা থম্মোয় নঙগী
নুংশি য়েন্নীং থাদা নঙগী
ঈংলবা নুংশি মলয়ানা নঙগী
খঙহৌদ য়ৈরকপদা থম্মোয়নুংদা
নুংশি য়েন্নীং চোংলকখি ঐগীসু।

অত্থুগা ঙসিনা করি ওইরবা
মীচঙ লৈজদ্রবা নাইতোম তারবা
মপোকনি খন লাঙ্গৈরবা
য়েক্ক থৌইনশন্দগী শানো নঙনা
লৌনম লাংদা খুয়ৌনা
চোংথুনা লৈবা থোকপা ঙমদা
করম য়েংথুনা লৈয়ু হায়রিবা
পাঙ্গল থোক্ক্রবা ঐহাকপু।

লৌনম য়াকম ফোঙদোক্লরক
অশেংবা অচুম্বা মচু খঙনরক
নীংঙমদা মৈনা খাম্বী মৈরিথোক চাকখৎলক
ওয়া থোইনা মৈচাক খাঙবদো নঙনা
য়েংবা ঙমজরোইকো ঐহাক্তি।

কনানস্থু থৌওইবিদ্রবা পুন্সী ঐগী
আশা ময়োল তেক্লবা থম্মোয়দি
চাকমা চাকনা অস্থুম লেনজরগে
মুংশি পম্বুং য়ৌ হায়বত্তুমদি
তম্নমদ্রবনি নোংদম্বা মহাক্না
থীরবা ঐগী তাইবং মপোক্তা।

অস্থুবু শানৌ নঙনা য়াইফকোনগী
মীচঙ কনবা শাগৈগী মৌ ওই
মাঙোল খেনজংলাংদা লাইবক ফবত্তুগা
য়েৎকা ওইগা ফম নোক্ল নোক্ল
লেম্ন লেম্ন য়েংন য়েংন
লেনমীন্নবদো হরাও তয়াম্না
উহনবিয়ুকো মত্তুমতদি ঐঙোন্দা
থম্মোয় মৈচাক হেনগৎনবা ঐগী।

# খঙদে ওইরম্বা য়াই

মিৎস্না থম্বাল মুংশিবীদো
শানৌ নঙগী তম্ফাতোন
মুমিৎ খুদিং পুংজা খুদিং মিকুপ খুদিং
তত্তনা লংনবদো ঐহাক্না
মিৎয়েং চুমদে মরৌ লৈ
য়েংঙক্ননু খাঙবা ঙমদে
থম্মোয় কায় হায়না।

অদুবু ঙসিদি কয়াদা ৱাখিবা ঐনা
লমদম তান্না লৈহৌবদা নঙনা
নঙবু উদবদা নঙগী মিৎয়েং ফংদবদা।

ঙহাক লৈতনা নঙনা বিদায় পীখিবদো
চৎলো চৎলো চঙনখৱে মী পুম্নমক
সে চৎলো হৌগৎলো চৎলো হায়মি।

তারবস্নু নঙনা হায়বদো তাদ সা
তুমিন্না ফমতুনা লৈখিবদো ঐহাক্না
নঙস্নু হৌগৎখিদে ঐস্নু হৌগৎখিদে।

কল্লিগীনো খঙলবল্লা তম্ফা
খঙলদি হায়মুনে অমুক্তা তাগে।
মহাকপু থাদোক ঙমদ তৌৱি ওইরিনি।
মহাক হায়বু কনানো ?
মহাকনে মহাক মহাকপু খঙদ্রবরাও ?
খঙদে ওইরম্বা য়াই।

(৮১)

## ইদোম লাকপনি ইদোম হনখিনি

নংনা য়াম্না নংনা ইদোম তরক
থৌওইবিদনা শকখঙবিদনা কনানম্ভ
হৌরকই চাউরকই পুন্সী ঐগী।

অঙাং নারা ওইরিঙৈ
করিবু পামজরুই ঐনা
করিবু নুংশিরুই ঐনা
হাঙলবা লমহাঙদা চেনজবা
ঈংলবা মালংগী শউম ফংজবা
চাংয়াদা তময়াদা শান্নজবা পোৎখাজবা।

নুংশিজরুই চান্না মরূপ কয়াবু
তাইবং পুন্সী খোঙচৎতা ঐগী
কায়নখি চৎখি মথং মথং
থাদোকজন্মী য়েংবিরমদে হন্নমক্তবু
মসিবু তাইবংগী হৌনশা খোঙচৎলা।

পামজরুবা নুংশিজরুবা পুন্নমক্না
থাদোক্তুনা ঐবু চৎথরবদা লাপ্না
করিবু ওইহৌবা ঐনা কনানা খঙনি
ঐগী থম্মোয় ঐগী হকচাং ঐগী থরায়
মদোম তরক তুমিন লেপ্তুনা লৈহৌই
তাইবং মীগী খোঙচৎ য়েংহুনা।

ইদোম লাকপনি ইদোম হনখিনি
তাইবংগী হৌনশা খোঙচৎনি।

(৮২)

# লোইবীচাদা ঙংবী পামেল

লোক্তাক লাইজ ঈপাকয়ায়দা
ঙংলিবী লোইবীচাদি চীংন্নুংশি
কোলোই নঙগী চীংদোমপোক।

লোইবী চীংগীদি চীংমায়দা
মৈরম পাংবা নাপোমদা
নাইতোম তরক লেপলিবী
পামেল উপালদি উন্নুংশি
লোক্তাক লাইজ ইপাল্লাং
মালং খংগোল হকচীকলাং
নথংলেন কনবু ঙাইরিবা।

মায়ওন খুদিং শকফম হোংলিবী
শকলোন কয়াগী শকফমনো
মশীং থীঙমদরে শকহেনবী
মানজা কনাদা উৎলিবা শকলোল্লো
পাউদম্মুগবা নঙবু চান্নবী
কল্লকইদকো নঙগী শকলোনসে
পাম্মুইদদো নঙগী নশাইগোনসে।

ঙসি কৌবা কোরৌসিদা
লেপচরম্বা ঙমদ্রস্নু নখোঙদা
নোংমা য়াইফবা কোরৌ অমদা
হল্লকখিনিকো অমুক্তংদি শোয়দনা
নুমিৎতুদা নুংশি পাউমেল্লসিকো।

(৮৩)

# মরৌ লৈবা নুংশি মিংয়েং

মরৌ লৈবা নুংশি মিংয়েং নঙগী
মোমোন্নবা চিনবান মচা অপিখক
উরুবদা খল্লুই থম্মোয়না ঐগী
নঙনা ঐবু নুংশিরমাল্লে।

পীথোকখি থম্মোয় ঐগী
পুক্নীং ৱাখল চংখি ননাক্তা
নুংশি ঈচেল চেনখি শিংলিপুম্বদা
কয়াদা পেনজবা নুংঙাইজবা মিকুপ্তো।

পুন্সীগী অরেপ্পা পাউখুম তাল্লুবদি
বিদায় নিরুগুম থোকখরে
ওইরমলে নীংবা কায়নবা ৱাহং
নুংশি ঈচেল থকখিনবা ৱাহং।

(৮৪)

# মুংশি পনখৈ

খৌরাংলবদা লাইজ ঈফুৎ ওই
ওল্লাংলবদা লিরি শিংপা নামিবা ওই
লামলবদা তরা মাবু ওই
পায়মা ঐগী খোয়দাঙ্গেদা।

মুংশি উরুম ফংতুনা
ওল্লাং মৈশা কোল্লকলে
মুংশি ঈঙাক থক্তুনা
খৌরাং মৈচাক কাউরকলে।

খুজে পাল্লোই শল্লাং-নান
খজাই লেংগোন চূপ
থম্মোয় ঈরাঙ হৌনরক
মুংশি চিল্লোরুখিদো বাংলেম্দুদা।

(৮৫)

# লৈশারোক্কী পামজ-থেল

লোইবী সনাচীংগী চীংমায়দা
লৈশারোক্কী পামজ থেলদা
তলা পামেল'মদা লৈখোক অমতগী
লৈরাংগুম শাৎমিন্নবনিদা শাৎমিন্নবনি।

পাম্মু-নুংশি উরুম ফংজসনু
ওল্লাং মৈশা কোকচসনু
নোংমা কোরৌ অমতা ওইরনু
তম্বা মশীং লাকঙমদা কয়াস্থু
য়েংজসনু পোৎথাজসস্থু লেনজসনু।

ঙরাং ঙসি হয়েং কয়া হোৎপ্রস্থু
লোইদাম থাজ কয়া লানপ্রস্থু
কুমজা মশীং য়াম্লস্থু
য়েরু মৈশা কয়া লাংলস্থু
লৈরাংগী তুবুম অমতা তেকলোইদা।

## শাউবিয়ুনে ওইনবিয়ুনে

নুংশিরবী মিৎস্না থম্বাল অনীনা
তথক তথক য়েংজরগা
শাউরকপসে শানৌ নঙনা নুংশিবী
পকচখরেদকো ওম্থোক্লা পকচনস্থু
শাউবিয়ুকো চান্নবী পুন্সী চুপ্পা।

ওইনবস্থু পকচৈদকো ওইনসন্নু
খোয়থুমনৈকো ওইনা ব্রাঙাংসে শানৌগী
থমজরিদো লেঙদ্রবা মফমদা
থম্মোয়গী থূপ্প থম্বালদা
ওইনবিয়ুকো চান্নবী পুন্সী চুপ্পা।

অশাউ মায়থোঙদো য়েংজ
ওইনা রাঙাঙদো তাজ
তথকপা মিৎয়েংদো মিৎচানা
লেনজরগে মপোকসে ঐহাক্কী
শাউবিয়ুনে ওইনবিয়ুনে য়েংজগেনে।

(৮৭)

# নুংশি লানঙম ফিরাল

পিশুম্মা নঙগী থৌনা ফবা
ফোঙদোকলি থম্মোয়গী য়াবা
তেংথানীংই খোঞ্জেল থোক্লা
কনানা কনাদা রাকৎকনি
পুন্নমক খঙলমগনি তাইবং মপুনদি ।

মতম্মা পুরক্কনি শোয়দনমক
লেপনাইদ্রবা তাইবং অসিদা
শাগন তুফাং তৎলবা
পাইবা ঙমদ্রু পোম্বী ঐবু
থংলেন নঙগী ননাক্তা ।

মতম তদো লাক্লগা
লৌশিনবিনি চিংনবা লৈত' নঙনা
পোকপগী মহয় য়াল্লে খনজনি
থেৎচগনি লাইবক্তা ঐহাক্কী
নুংশি লানঙম পজেং ফিরাল ।

(৮৮)

# শকউদবা নঙবু কনানো

পোইরৈ কৈদগী লাকপনো
কোলোইনা করি কৌবনো
নপাউখোন্তা মতায় চেংলৌ শক্তমদি
উগে ফংদ্রি ঙসিফাও তাইবংদা।

কনা মশাইগোন্না নঙগী তুংনফমনো
লমলেন কৈদা লৈরিবা হৌজিক্কা
শোয়ফদনা পাউখুম পীরকপদি
রাঙাং কারাম চাউবা তাইবংবু নোক্লবরা।

নুংশি-য়ারা পাম্মু-খোঞ্জেল কায়ন-শৈশক
চীক্ল তাম্ল লমদা পুথোক
মহৌশাগা তিন্নহন থোইনা পুক্লীং হুহন
তৌবা ঙস্না নগুণ উৎলিবরা নঙগী।

পন্থৌ কনাগী মপারীনো
পলেম কনাগী মমোমনো
খোঙ্গুল লীরগে খল্লে
নঙবু ফংনবা থিরগে নীংলে।

# ৱার্লদ টুর

অঃ জাম্বু জেড্ প্লেন তোংহনা
ষ্টার্ট তৌরে ৱার্লদ টুর।

লৈঃ চৎলুসি টোকিও টোকিও
কেমেরা অমতং লৈনীংঙিদা
মিনোলটা মিনোলটা মিনোলটা
নয়নবা চেংলৌ নঙগী।

পাঃ চৎলুসিনে লৈগেনে ঐগীস্থ অমা
টেপ রেকোর্দিং মেছিন
সোনি সোনি সোনি
নয়নবা মুংশি শৈরোল নঙগী।

লৈঃ হোল্লিউদস্থ য়েৌনীংঙিদা
হোল্লিউদতা রোমিও জুলিয়েটকী
ফিল্ম অমুক্তং কুমগে হায়সে
ঐগী পুন্সীগী ৱাশকনে ৱাশক।

পাঃ পামলিবনিনে ঐস্থ পামলিবদো নঙনা:

লৈঃ অদুবু অকিবা অমদি লৈরিনে।

পাঃ কনাবু কিরিবা করিগী কিরিবা?

লৈঃ শাউরকলোইদরনে ওলিভিয়া শকহেনবীন

পাঃ মাগীস্থ রোমিও লৈরিদ্রুদি।

লৈঃ ফরেনে অদুদি শারো নঙনা রোমিও
শারগে ঐনা জুলিয়েট
জুলিয়েট জুলিয়েট জুলিয়েট।

পাঃ হোল্লিউদগী ফিল্ম ষ্টার ওইরেদনা
ঐখোয় অনী ঐখোয় অনী।

লৈঃ ইহেঃ বোম্বেদা ঐখোয় অনীবু
ফিল্ম ষ্টার ময়াম্না
ইনভাইট তৌরকপত্নুদি কাউরবরা ?

পাঃ হোয়নে, ইনভাইটেশন ফংখিনা
হনখিবদা চণ্ডলসি বোম্বেদা।

লৈঃ শান্তাক্রুজ এয়ারপোর্ট য়ৌরবরা ?
অসিরা ?

পাঃ য়ৌরে য়েংঙো অসিদা
রাজ কাপুর লৈরে
লৈ পরেং পায়ত্নুনা॥
ওকপা লাকলিমাল্লে ঐখোয় অনীবু।

ৱাঃ ইবেম্মা অসিরা মণিপুরী ফোক শোং
য়ান্না ফজনা শকই হায়ত্নুবো।

লৈঃ মান্নি তামো !
হৈজদেদা করি খঙজবা নত্তে।

ৱাঃ অমতংদি তাসিদনা তাজ হোলদা।

লৈঃ হাঃ……মালেম শাংনমক্তবু ফাওরিবী
সুরগী চান্নবী মতারোই
খোয়থুম্ন' মুংশি শৈশক নঙগী
খোইনীং খোঞ্জেলমক্তবু ঙমজবীনি
সুর কুঞ্জগী লতানিদা লতানি
শৈশক নঙগী মুংশিবী
মালেম শাংনা ফাওরিবী ফাওরিবী॥

পাঃ হল্লকলে রার্লদ টুরদগী
তাম্মে প্লেন ইম্ফাল এয়ার পোর্টতা।

লৈঃ জয় রাধে গোবিন্দ রাধে
কুঞ্জে কুঞ্জে বিলাসিনী
জয় রাধে গোবিন্দ রাধে
জয় রাধে জয় রাধে।

পাঃ হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ
কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে
হরে রাম হরে রাম
রাম রাম হরে হরে।

লৈঃ চেক্লা পাইখৎবনা
পোম্বী হজিল্লকপদা
চেক্লাগী কাইদোংফম খঙদবনা
পোম্বী ককঙাঙনরে দে।
শাবী ইনেমচা পাম্মুবী
চাংনুংগী সনালোক্তুদগী
পাইবিরক্লো ইনেমচা পাম্মুবী।

অঃ য়াইফরে মপু ইবুংঙোনা য়াইফরে
য়াইফরে য়াইফরে য়াইফরে
মপু ইবুংঙোনা য়াইফরে॥

(৯০)

# মৈরাম্বী

থম্মোয় ঐগী নুংশি মৈরি
চাকঙমদরে মৈরি থোক্লা
মৈরাম্বী মশীং য়ামখিবনা
য়ামনখিবনা য়ামখিবনা।

ওল্লু ওল্লু মায়কৈ খুদিং
য়েংঙু উরু শকফম খুদিং
মৈরাম্বী মৈরাম্বী মৈরাম্বী
লৈরম্মী মৈরাম্বী অমা।

থম্মোয়নুংগী নুংশি য়াবা
তনিক তনিক্লবা মিংচি তেন
পিশুম অনীদা তেঙ্গা থোংনা
কাপশিল্লকই মৈরাম্বী লীশীং লীশীংনা।

মৈরাম্বীনা মৈরিলক্তা চোংশিন চোংশিন
থবায় থাবা মৈরি ঐগী ইরাল নত্তে
তাইনবিনু নুজা ঐবু।
মৈরাম্বী মৈরাম্বী মৈরাম্বী
মৈরাম্বী নঙগী নরাম্নী।

(৯১)

# লোক্তাক লৈমগী লৈতেং

ঈথকনা জগোয় শারি
তুম্বক তুম্বক তাউরি
ঈমায় থক্কী শমক্রুদি
ফুমশঙ মচা শেগায়রবা
লৈরি লয়রি তাউরি
লোক্তাক লাইজ ঈপাকথক্তা।

পম্মৌ মানবা ইপানা
লুকাই হিদি তাউরোইনা
তোংশাং নৌদি খুৎপায়না
ঙাকা ইনগী ইল্লি পায়
লেমলৈ ঙাবু ফারিদো।

পলেম মানবী ইমানা
ইনজীং হিদি খোঙ্গাঙনা
ঙারুক পায়না ঙাতাল্লি
য়েল্লী হৈদি হৈহেক্না
শংলো মথেল থিরিদো।

পম্মৌ নঙবু পাঙ্গনবা
পলেম নঙবু পাঙ্গনবী
কোরৌ মৈশা খাঙলিবা
হুমা গী ঈরীক কারিবা
লোক্তাক্কী লৈতেং হাপলিবরা
পলেম পম্মৌ অনীনা।

(৯২)

# লেপখ্রবদা পুন্সী ঈচেলনা

পুন্সীগী তোর্ব্বান্দা হৌরম্বা লৈপাল
শিঙেল লৈরাং লৈশাং তমখিদরে
লেপথ্রবদা পুন্সী ঈচেলনা ॥

মিহুল মানা হুল্লিঙৈ থম্মোয়নুং
খাম্বী মৈগুম শারম্বা শমু হকচাং
মিহুল মানা লেপথ্রবদা
ঈংখরে উল্লেনহীগুম শোকঙমদা ।

মিৎলুদা চ্যেনখিদরে নুংশি পিরাং
চিনবান্দা নোকখিদরে নুংশি মোমোন
ঙমখিদরে লাকশিনবা চেংলৌ শক্তম
উখরে পূম্নমক মশেন মরাং ।

নোংমদা পোকপনি নোংমদা শিবনি
খাম্বী মৈনা চাকখরে হকচাং পোলাং
ওনখরে উৎ ফজরম্বা শকফম
তিনখরে হকচাং মালেম লৈদা ।

(৯৩)

## মীরাইরুবনা নঙবু ঐনা

পাম্মুখরেদা নীংঙমখিদরেদা চাকখ্বরেদা
আঃ কল্লকইদা কল্লকই ॥

চৎপ্র মতম চান্নবী
হৌপ্র মতম নুংশিবী
হল্লক্লরোইদ মতম পাম্মুবী
খঙলুদবনা মতমগী মমল
নঙবু কয়াদা মীরাইখিবা ঐনা।

নোংমা কোরৌ অমদা
নঙনা পুরকখি ঐগী চান্নবী
পীরখি ইথিল অমা মানা
ইখি শৈরেং অমা ফজবা
শকখি নুংশির' শৈহেক্তা মানা।

হৌখরে মতমদো চৎখরে নুমিৎতো
লাকখিদরে মহাক উখিদরে মহাক
থোক্লকখিদরে শৈরেং ইখিদরে শৈরেং
শক্লখিদরে ঈশৈ তাখ্বদরে অমুক
মীরাইরুবনা নঙবু ঐনা।

(৯৪)

# তনিক তনিক্লবা পূক্নীংন

তনিক তনিক্লবা পূক্নীংনা
হংজখি অত্তংপা লৈতনা
লাক্লরোইদরা মাবু ॥

লাক্কনি শোয়দনা হল্লক্কনি
নহাল ঙরাং কয়া হৌগ্রস্নু
ঙসি হয়েং কয়া চংগ্রস্নু।

লেপ্পা লৈত খল্লি
লাকখিনি মহাক
শক্লখিনি ঈশৈ শক্লম্বা নোংমা
পূক্নীংনা হংজখি।

পুন্সীদা মহাক লাকখিদরে
হল্লক্করে লাকখিদরে
কৈদনো ঐবু মঙলাক্লরে
লম্মাংনরে।

খল্লুবা খুদিং অরেম্বা ওইরমলে
লমদম কৈদা চংগ্রবা থবায়না
মঙলাক্লরে লম্মাংনরে।

(৯৫)

# নীংশিং নীংশিং লেলহৌরোকো নঙদি

নীংশিং নীংশিং লেলহৌরোকো নঙদি
পেলহনখিদ্রবা ঐগী পুক্নীংবু
কায়হনথ্রবা ঐগী থম্মোয়বু।

শাজৎ হৈবী নঙগী শাথেকনা
থাজ মানবী নঙগী মায়থোঙনা
পোৎথাহনখিদে ঐগী পুক্নীং
পোৎথাহনখিদে।

মরৌ লৈবী নঙগী মিৎয়েংনা
কোচি থাংবী নঙগী মিৎচিনা
তপথহনখিদে ঐগী থম্মোয়
তপথহনখিদে।

থোৎনা মেঙলবী নঙগী ৱাঙাংনা
চোইনা চোইনা খলহনখি
চোইজাইনহনখি ঐগী ৱাখল
চোইজাইনহনখি।

খোয়থুম্লবী নঙগী মীকৌনা
তপথহনখি ঐগী খোঙজেল
শোয়হনখি ঐগী খোঙথাং
শোয়হনখি।

য়াওহনখিদে নঙনা ঐবু
মুংশি হিদান্নবা য়াওহনখিদে
য়ৌহনখিদে মুংশি পম্বুং
য়ৌহনখিদে।

(৯৬)

## হেল্লা মিৎস্না থম্বাল

হেল্লা মিৎস্না থম্বাল অনীনা
তরু তরু পাঙজ য়েংজ
পিরাংনা মতুম মতুম শিস্থরক
চান্না থম্মোয় য়াবা পাউদমলিবী
করিগী অস্থুক ফজহনবনো নঙবু।

চান্না মরূপনা শানৌ নঙগী
মিকুপ নাহুম য়েং তেংবাংলিবী
নুংশি ঈনোৎ তোয়না হাপলিবী
পাখং থম্মোয় হুহুনা পুরিবী
হায়য়ুনে চান্নবী লৈতেংনবা নঙনবা।

লৈতেংলবা মিৎস্না থম্বাল নঙগী
কামগী লীরুংনা কৈদৌরুনি
নুংঙনখিদা নুংশি লাইরেম্বী মাস্থ
ভাঙজা মাগী মালেমলৈদা লুকখিদা
শানৌ নঙগী নকাদদি শকহেনবী।

(৯৭)

# ন্থংশি শৈরোল

অঙাং নাৱা ওইরিঙৈগী
পুন্সীদো চল্লবা নীংশিংলকইদা
হোঃ নীংশিংলকইদা ঙসিদি।

কুমজা কয়াগী তুংদা
লেপ্লরে ঙসিদি তোর্ব্বান্দা নঙগী
ঈচেল তপ্লবী ন্থংশিখোং
নঙবু কয়াদা ন্থংশিজবা ঐনা
হৱাওনা চেল্লমলি ঙসিস্থ
মহৌশাগুম ঈচেল নঙগী।

নোংমা কোৱৌ অমদা
উল্লেন হীনা শন্না তাবা
অয়ুক্কী য়েন্দা অঙনবা
শমুনমদা চরৈফিদি থোংদা
লেপখিবা ঐনা নঙগী তোর্ব্বান্দা।

কোৱৌ ন্থমিং অতুদা
তাখিবা ন্থংশি স্থৱদো নঙগী
ঙসিস্থ অতুমক তারি
কায়রমদরি শৈশক নঙগী
লেপ্পীগন্থ ন্থংশি শৈরোলদো।

নঙগী লেপ্ত ঈচেলগী
ন্থংশি শৈরোল শৈহেককা
শকমিন্নসি ঐগী থম্মোয়গী স্থৱগা
নঙগী ন্থংশি স্থৱগী
লমইন পেনা ওইজগে ঐনা।

(৯৮)

# লৈকং থরো লৈন্নুংশি

পোইরৈ লমদম অরাপ্পা
অৱাং নোংপোক চীংন্নুংশি
লোইবী চীংগী চীংমায়দা
লৈচিন্না পোমায় তুরিবা
পামেল্লনা তোমথিন হৌরিবা
লৈচেংনা ঙাঙনা তারিবা
ইন্নুং নুমিদাংৱাইরমদা
চেক্লানা শঙ্কু পাইববু
করি ওইবগী মন্নুংশিনো।

পোইরৈ লমদমদি লনন্নুংশি
থেঙলবা নুমিদাং অহাংদা
লমজাউ খাম্বী মৈচাকপা
নুজাগী পূক্নীং হূবা লম
খোইমুগী থম্মোয় লাঙবা চীং
লোইবীচাদি চীংন্নুংশি
চীংমায় মাদি চাংন্নুংখোক
চোথে থাঙমায় পাখংবনা
কোনবা লমদি লমন্নুংশি
নমু তাইবং মালং পানবনা
তাইবং পুন্সী লোইরবদা
পাখং চামনা হাল্লগা

নূরা চামা ঙাইনথেল
নূরা চামনা হাল্লগা
পাখং চামা ঙাইনচীং
লোইবী চীংমায় নীংথিবা
অশিবনা চৎলি হায়দনা
অশি মিংথাং লৌতুনা
শিরোই চীংবু মিংথোল্লি।

শিরোই চীংগী চীংমায়দা
তোমথিন শাৎপী লৈ
লৈরাং মাগী পলেমদি
চিংশাং নাপোম ঙানবী
কৌবা লোকমায় হেনবী
পলেম ঈরোক লৈমা।
পলেম মমা ইবেম্মনা
ইমাগী ইমোম মুংশিবী
লাংলেন ইবেম্মা নঙদি
মৈতৈ তমদা ওংগন্নুসিকো
পলেম ইমাগা লৈমিন্নসিকো।

পলেমগী য়াথং ইল্লবী
শিঙেল নঙদি লৈমুংশি
লৈরাংগী মউ তাবদি
কাওরেন শল্লোয় লীবু মানবা লৈ
শিঙেল লৈনা তাবদি
কাওরেল খোঙুল মানবা লৈ
লৈরাংনা ফুগাইনা শাৎলগা

শংবান্নবা মচনা
লৈরাংগী চেংলৌ ওইরিদো।

নুংথিলগী কোরৌ মৈশা লাং
নুমিৎনাংগী লিকলা খাঙ
লৈরাং নদোম শাৎপবু
থাউৎম মৈরা ৎনবা
নোংপোক চীংখৈ লাল্লুম্বা
নশাবী মাবু ভাইবরা
মালং মমাঙ খাংঙমদা
খংগোল মমাঙ লেপঙমদা
নোপ্পা নোপ্পা খাঙবা লৈ
লৈরাং কোলোই মমিংদি
চীংগী মিংথাং লৌহ্না
শিরোই লিলি মিংথোনবা।

ভারত নোংপোক চীংখৈদা
নাইতোম শাৎপী লৈ
লোইবী পামদা ওংবী লৈ
মালেমদা অনী শুদবী লৈ
চীংগী থরো লৈন্নুংশি
লৈকং থরো লৈন্নুংশি
কুমজা খুদিং লেপ্তুনা
লৈরাং লৈশাৎ তমহুনা
পলেম থৌগল ফংঙ্ককো
পোক্লফম লমদম ইমাবু
ভাইবংদা মশক তাকউকো।

(৯৯)

## খংগোল পাউপুবা

হাদা মালংবও লোইয়ুম্বা
তাবিরিবরা খংগোল নঙবু পাউপুবা
নূরা পাউ অমতা চেনজগে
তম্বীরম্মুগবা খর পাম্মু মকাদা।

নূরা খোঞ্জেল তাবদা উরুরু হুম
শিৎচিল্লকলে হুমজিল্লকলে লৌশল্লকলে
শানৌ করি পাউবু ঙইরবনো
হংলকইদা মালং পাউপুবনা।

অনীদো ইকায় নুংশি য়ান্নখি
থম্মোয় তনিক তনিক্লখি
ঙাইহাক তুমিন তুমিন লেপ্লখি
মুজা নাপ্লদা লোন্না হংলকখি।

শানৌ নঙবু করি পাউনোনে
তন্না চৎচরুগে মালং ঐ
নূরা নঙগী পাম্মু মকাদা
শানৌই নুংশি পাউদমজরুগে।

থুজিন থৌরাং হৈরবা
মালং রাহং তাবদা
ইকায় লংজিন ফাখরে মুজাদো
পুমকাউ কাউথরে হায়ঙমদ্রে।

নাশোন্নবা হায়খি মুজানা—

ইঙাক থকপা পোন্থী ওই
লাইজ ঈখো লাংববু
পাখং মাদি খঙমলোই
মুজা তেংপা তারমলোই।

খংগোল পাউপুবদো
শাগল তুফাং য়েনা
শিংলকই খোঙজেল য়াঙনা
তমলকই তম্বা মাগী মকা।

হুমলুই উরু উক নাপ্পদা
শোনথাংননা কৌরুই
তাবিবরা নঙবু তম্বা নঙবু
নশানো ননেমচানা মুংশি পাউচেল্লকই।

খংগোল য়ারা তাবদা
খংপ্রেক খংই তম্বদো
ঙাইঙনদা পাউহংলকই তম্বীরো
পাম্মুবী মাগী মুংশি মপাউ তম্বীরো।

নোঙ্গোবীনা লাইজ ঈশিং ঙাইগুম
শানো মাগী মুংশি মপাউ
ঙাইজরিবা লোইদাম য়াম্নকলেদা
তম্বীরো ইশানৌগী মুংশি মপাউ।

তম্বা মাগী খৌৱাংবতু উবদা
মালং মামা লংনরগে খন
হুমদোকখৱে মায়কৈ অনদা
লেপহৌহ্ তম্বদো নীংবা কায়তুনা।

ঙাইহাক পুঙ্গোয় লৈরগা
থুংলৱে মালং অমুকহন
নাপ্পদা হন্না হন্না হুন্নরে
তন্নরে খংগোল নুজাই মপাউবু।

অসুম্না পাউদমখি—
শাবী ইবুংঙো নুংশিবা
থংলেন নঙবু পাম্মুবা
হন্দক লাঙোন মপোক্না
নুংশি লৈপুন পরৈনখিদ্রসু
অমং য়াইথোঙ কুন্নবদা
থৱায় মিরেন্না পাইথ্রবদা
মকোই নুংঙন চীংজিন্দা
নুরা চামনা শীংগুন্নগা
পাখং চামনা ঙাইনচীং
পাখং চামনা শীংগুন্নগা
নুরা চামনা ঙাইনচীং
থৱায় চেক্লাবু ননাওগী
ঙাইবিরম্মু নুংশিবা
খুংকা খুংকা শম্ননা
খুজেং পালোইনা

অপাম নুংশি লৈপুন পরৈনা
খজাই লেংগোন চুপ্না
মপোক লাঙোন খুদিংদা
লানমিন্নসিকো অশি তুরেল
লৈমিন্নরুসিকো অশি লৈবাক্তা ।
নশানৌ ননেমচানা
পাউমেল্লকইদো অসুম্না ।

খংগোল মপাউ তাবদা
তিংদম ব্রান্থখি তম্বদো
তাখি মালেম লৈদা
পাউখুম পীঙমখিদে
পুন্সীগী পাউখুম পীঙমখিদে ।

(১০০)

# ঐগী থম্মোয়না কাউঙমদরে

পোইরৈ কৈদগী লাকপনো নঙবু
কোলোই মিংলেন্না করি কৌবনো
মুংশি নপাউখোন্ত মতায়
চেংলৌ শক্তমদি উগে ফংদ্রি ঙসিফাও
পম্বৌ কনাগী মপারীনো
পলেম কনাগী মমোমনো
খোঙ্গুল লীরগে খল্লে ঙসিদি
নঙবু ফংনবা থিরগে নীংলে ঙসিদি।

কনা মশাইগোন্না নঙগী তুংনফমনো
লমলেন কৈদা পোৎথাদুনা লৈরি হৌজিক্না
অচিকপদা লমংংদা চীংয়াদা নাপোমদা
শোইফদনা পাউগুম হেক হেক পীরকপদি
ৱাঙাং কারাম চাউবা তাইবংবু নোক্লবরা ?
খোল্লৈ খোনখোক মুংশিবা তম্বা হৈবা নঙনি
মুংশি খোঞ্জেল পাম্মু য়াৱা
শাবী শানৌশিংগী কায়ন শৈশক
চীক্ল ভাম্ন লমদা পুথোকঙম্বা নঙনি।
মীৱাহৈ খোম্বোকপু তান্না তান্না পুথোক
মহৌশাগা তিন্নহন থোইনা হেন্না পুক্নীং হুহন
তৌবা ঙম্বা নঙগী নগুণবু উৎলিবরা ?

নোংমা তাখি নঙগী খোঞ্জেল
কনাগী পাম্মু খোন্থাংবু য়ৈবনো
শুক্লবা উমংদনি চীক্লবা অহীংনি
নোং হাংখিবদা ঙাইরিবা তানজানি ।
কৃংলবা উরী উনা লৈরাংলক্লা
থাবলগী মশেক মঙাল খজিক্তং
লিংথোরকপা কয়াদা পূক্নীং হূবা ।
তানজাহূদা য়ৈরকখি খোন্থাং নঙগী
কয়াদা খোয়থুম্না নুংশিগ্রবা
ব্রাংলেন্দুনা ঐনা নঙবু ওইনীংলুই ।

নোংমনা অয়ুক্কী য়েন্দা অঙনবদনি
মীচিক মীরাওখোন হাক্লা কল্রি—
তু উরকপা চীংখৈ হুনবা মতমনি
শংবান্নরবা লৌবুক্তা হানৌনা নেম নেম
লেংঙম শাঙমদা ঈথক হৌরি সমুদ্রগুন
তাম্লবা লোইবী চীংদোমপোক্তা তাখি
ফমতুনা নঙনা খোন্থাং য়ৈখিবদো
হায়উ মতুনা কনাদগী য়ৈরকপা খোন্থাংনো
মানজা কনাগী নুংশি য়াব্রানো ?

নোংমা অমসু তাখি নঙগী খোঞ্জেল
কাউদরি নীংশিংলি য়ৈররি ওসিসু ।
নুমিদাংবাইরমগী তানজামক্তদনি
পোম্বী চেক্লাশিংনা কোরৌ অঙানবা লোইশি
ইমুং পোৎথাবা মতমদি ওইরক

মহুম পাংনা পাইনবা মতমনি
ঈমায় চোনবা ঈপাক অমগী তোর্ব্বান্দা
লেপতুনা লৈরম্মী ঐহাক্লা
খঙহৌদনা তারবখি নঙগী খোঞ্জেল
হায়উ মতুনা শানৌ কনাগী
নুংশি মপাউবু খোম্থাং য়ৈরিবা নহাক্লা।

নোংমা অমস্থু তাখি তময়া অমদনি
পানেল উপাল অমগী উশাদা কায়দোং
পোম্বী মানা থৱায় শোক্লা তেংথাজবনি
মপাং কায়নখিবগী কায়ন শৈশকনি
নঙনা খরা থাপলপ হন্দোক
খোম্থাং য়ৈনা নুংশি পাউথুমলকপদা
খঙজদবী পোম্বী মানাদ ইঙক ঙক
মপাং লৈরে খন কায়দোঙকম থাদোক
পোম্বী শাখপ তানখিবদো
কাউঙমদরে ঐগী থম্মোয়না কাউংনদরে।

# শিঙেল থম্বাল উথম্বাল

চীংঙ্ থাংজীং খুভমদা
তল্লা পামেল অমদা
লৈরাং অনী খাত্রাংনা শাংলম্মা
ইবুধৌ থাংজীং ময়াথং
ভাকপীখি
শিঙেল অমনা
থাংজীং খুভমদা শাংহৌরসনু
লৈরাং অমনা
মোইরাং লাইজ তুরেল্ল, মরীন্দা
শাংলুরো ।

মোইরাং থাংজীং কুমগী কুমদমলকপদা
লাইজ ঈরোইননা লৈরাং লৈচা অমদি
মোইরাং তুরেল্ল্ মরীন্দা তাউথখরে
অমনা লোইবী চীংদা পামেল উপালদা শাংহৌই ।

মোইরাং শনজেন্নহাশিংনা
কাওরেন শনবু শেনবদা
লাইজ ঈখৌ লাংতুনা
ইমু ময়োন শংপদ
তুরেল্লুগী ঈমায়থক
তাউথরকই শিঙেলবু উথি ।

তাউজীং হৈনি খঙদে
শিঙেল লৈনি খঙদে
তাউারসিধু করিনো লোকই ।
শনজেন্নহাশিংনা য়েংনৈ হংনৈ
অমগা অমগা করিনো করিনো ।
শিন্নৈ শিঙেল মাবু খুনগী অহনশিংদা
অহনশিংনা কৎলি
মোইরাং নিংথৌ পোংলেনহনবদা
হৈশক লৈশক খঙদবনা মাঙহনগন্নসি
মপু কংলা ঈশায়ফু কোন্দা থমলে
মতম খরা লৈরগা
মপু মোইরাং নিংথৌনা—ইদাইরেমসা
কংলা ঈশায়ফু মন্নুংদা থমলিবা
পোৎ অতুবু
কেগে মফম কদাইদনো
মোইরাং লমদম কদোমদনো
মফম চানা শেম্মুরো
লৈরাং মাবু থারুরো ।
মপুগী মদাইরেমশিংনা
মোইরাং লোক্তাক লাইখুপাৎতা
শিঙেল মাবু থারে ।
শিংনাং তাংদা চুম্বনা
নেস্বী ফৈরোই খাতুনা
লৈরাং মাবু লৈথারস্মে ।
য়াৰা অরীবনা খাগা থা
লোইদাম অনৌবনা থক্কথোং

য়াৱা লোইদাদ মকুম ওইরকপগী
ইঙা কুমদমলক ইঙেল কুমখাইরক
হঙোই কোন্দে নুঙাবীনা
লৈরাই শৈশক তোয়রক্লবদা
মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌনা
মোইরাংগী ইদাইরেমশিং অঙম্বা
নহান লোইদাম মনাঙথাদা
মোইরাং তুরেল্লু ঈমায়থক্তই
হৈনি খঙদবা লৈনি খঙদবা
পোংশক অহুবু লৈরিবরা
মাঙথ্রবরা ইপুখোই পাউহংখি।

পোংশক অহুবু থিবা
মোইরাং অহন ইপুশিংনা
ঝাকয়ৈ হিবু তোংডুনা
তোংজেং নৌবু পায়ডুনা
কেগে মনুং নুংজেং প্যাৎ
কেগে মোইরাং লাইথুপাৎ
লাইজ ঈপাক্কী ঈমায়থক্তা
শিঙেল মনানা ইশং শং
লৈরাং মপান্না ইঙাং ঙাং শাৎলমলে
করি ওইবগী মফজনো
করি ওইবগী মনুংশিনো।
শিঙেল মাবু হেক্তুনা পুরকলে
মপু মোইরাং নিংথৌগী
সনাখুৎতা য়োৌরকলে

ইবুধৌ থাংজীং লাইদা
কংতবা য়াদে ইপুখোই হায়হ্নুনা
মোইরাং নিংথৌনা লৈরাং মাবু
থাংজীং খুয়া খাদা কংলে।

তাউজীং হৈরাংনি খঙদবা
শিঙেল লৈরাংনি খঙদবা
হৈরাংলা লৈরাংলা মিংথোল্লসি
ইপু মোরী মাইবা কৌরুরো
মপু য়াথং তাকপীরে।
মোইরাং মোরী মাইবা অমাইবনা
ইশাইফু কোন্দা থম্মী হায়বগী
থম্বাল হায়না কোলোইরে।
মালেম লাইজদা শাৎপনা
লৈরাং থম্বাল মিংথোল্লে।
চীংগী পামেল উপান্দা শাৎপনা
শিঙেল উথম্বাল কোলোইখিয়ে।

(১০২)

# কন্যা কুমারী

লিংজেন খাবী কন্যা নঙবু কুমারী
পলেম হায়না মিঙ্গৌগে ইমা নঙবু নুংশিবী
ফজখরেদা নুংশিখরেদা নশাইগোনসে
মিৎয়েংগী পোইরৈ লমদম তানখিদা ।

খা ভারতকী ঙমখৈ চিদাইদা পংখৈদা
লোইবী চীংমৈ চীংখোঙদা
ভারত মহাসাগর ঈমায়দা
ঙান্থোইরিবী নহাকসে নুংশিখরেদা
য়েংবগী পেনবা নাইদেদা ।

নর ইন্দ্র নরেন্দ্র
বিবেক আনন্দ বিবেকানন্দ
স্বামী মিংথোল ফংখিবা
ইমা নঙগী থৌজান্নিদো ।

পুন্সী পম্বুং য়ৌরবদা
তাইবং খোঙচৎ লোইরবদা
থুপ্লরিদো নরানয়াইসিদা ভারত মপারী
থোইরেন থোইবা অথোইবা বাপুজী ।

ইমাগী চাংজো নাইদ্র ঈপাকসে
কন্যাগী লিংজেন ইপোম ইরেলসে
কন্যা ওইনা লূনা শেংনা লৈহৌরসনু
কুমজা লীশীং লীশীং
কন্যা লিংজেন শকতাক্লা ।

(১০৩)

# নুংশি নোংলৈ

নুংশি নোংলৈদা নহাক্কী
ওইরি ঐনা অকংবা উনা
হুমলি নওনা পাইরি ঐনা ॥

নওনা হুমলি'খৈ নওনা শিৎলি'খৈ
পাইগনি ঐনা য়াওনা য়াওনা
মায়কৈ শালাই খওদ'খৈ ॥

করিগী অস্থুক ব্রাহনবনো
থরায় ওইবী নহাক্না
ঐনা রারগা নওনা পেনবরা ॥

তুমবিরো পেল্লবদি নওতনবু
পাইরগে ঐস্থু পেম্না
অঙৌবা লৈচিনগুন অতিয়া মালংদা ॥

(১০৪)

# থম্মোয় খাম্বী মৈহৌরে

থম্মোয় খাম্বী মৈহৌরে
খাংঙমখিদরেদা খাংঙমখিদরে
ঋারেদকো শানৌ ঋারেদা ॥

নঙগী মুংশি মৈচাক্লা
কেল্লবা হকচাংসে ঐগী
মাঙজগ্রসমু হন্দক লাঙোনসিমদি ॥

লৈখাং চারেদো পাখং থম্মোয়
পায়মা করি ঋাখস্নোকো
লৈখাং চারে ঐ লৈখাং চারে ॥

লৈখাং চাহ্না মাঙখিবনা
মুংশি পোনথা ওইজরগে
মাঙজগ্রগে ঐ মাঙজগ্রগে ॥

(১০৫)

# পীরম্লো বিদায়

পীরম্লো বিদায় পীরম্লো
লেলহৌরনি ঐদি লেলহৌরনি
নীংঙমদা খাম্বী মৈরিলক্লা লেলহৌরনি ॥

য়েক্ল মৈশা কিরদি
করিগী মুংশি কাইহৌরম্বা ।
থাদোকপীরম্লগে খল্লদি
পীরম্লো বিদায় ॥

হন্দোকপীরম্লো কুমজা কয়াগী
নঙগী মুংশি পরৈ ।
কৌরক্লে মতম্মা নহাকপু
খুৎলাম তোয়না তোয়না
চংলোকো কায়নরসি ॥

থম্মোয় শোল্লম্বনা নহাক্লা
মুংশি পনথুং য়োঙমদরে
মুংশি লমন শিংঙমদরে
রারোমুকো নঙ ঐবু ॥

(১০৬)

## ইমোম নঙবু নুংঙনবী

ইমোম নঙবু নুংঙনবী
উনবী লৈখল লল্লীয়ে
লৌশিং নাব্রা শৈদমপাল
হিজল হিনাও হৈতরিয়ে ।

পায়মা তিল্লাং খয়োংনা
পূল্লীং খোয়ঙ্ঙ খল্লৌও
তহা তহা খোঙদোইখিন্নু
য়াংদৌ লম্বী শাংলিয়ে ।

নতীক নঙন উৎলমখো
অহীং লিক্লাং য়াইমরেন
তাঙজ মনিল নাইবদো
পোইরৈ লমদম ঙালহনখো ।

পাক্ল' মালং তাইবংপান্দা
লমজাগুম নাইতোম তা
শরাগুম তরক লেপ
খুদাং পিবুম চোৎহনগন্নুকো ।

ইমোম খুজেং পাল্লোইনা
লেল্লা লেল্লা চৎচগে
পেল্লা পেল্লা য়েংজগে
কায়হনগন্নুকো পলেমগী রাশক।

(১০৭)

# শাৎলমখোকো কংলৈপুংময়োলসিদা

চেংলৌ শক্তম উদ্রদি
পায়মা ঐগী লৈতাদে
নীংবা পুমকায় কায়
তয়াং তশোই পুক্নীংসে।

থম্না লাকোই লুরোইথক্কী
লাইজ্ঞ ঈশিং লিক্লানা
মাঙথিবগুম ৱাংলেন মিকুপ্তা
মাঙথিগন্নুকো মালেমদগী।

পায়মা ইরৈচন্স ফুম্বংনগন্নু
নোংথৌ শেঙ্গোইরেন অপানবনা
খিকথরক্কনি নোংমদোন ঈরিকলাই
মুজাই কোলোই শকতারুবা।

নোংপোক নিংথৌ মমোমলোয়
তম্ফায়াইগুম মঙাল চাউহনসি
পোইরৈ কংলৈ লোইবীথক
শাৎলম্মুকো শিঙেল উথম্বালগুম।

পলেম নমাগ্নী ময়াথং
লৈরাং লৈশাৎ তমলম্মু
হাইনা হুম্না শাৎলম্মু
মালেম কংলৈপুংময়োলসিদা।

(১০৮)

## ঙসি ভারত থাউমৈ মুৎখরে

ঙসি ভারত থাউমৈ মুৎখরে
ঙসি বাপুজী নোঙ্গাখরে
ঙসি কোরৌহনবগী অরোইবা
তারমদাই মশেক্কা লোয়ননা
ভারত পোকপা পন্থৌ
খোমলেন তুমখুন তানখ্রে
অমংগী য়াইথোঙ কুমখ্রে
পুন্সীগী য়াহিপ তানখ্রে ।

ঙাকপীহৈবও অপোকপ।
ভারত ইমাবু থাদোকলম
শান্তি অহিংসাগী তুংনফম
নোংমদোন লাইরৈবাক্তা
অচীকপা থিবা লেঙথ্রবরা
নপারি নমোম কয়াগী
সেবা ননীং থুংদতুনা
নোঙ্গাখিবরনে পন্থৌ নঙবু ।

ভারত ইমানা নাওকোন্দবা
করম্বা মমানা পোকপা মচানা
পন্থৌ পাম্মু থবায় মিরেনবু
কনা থৌইনশিন্দগী মিহৌরুবা ।

ইমাগী নূর' শেংল' লাইবক্তা
চহী কুমজা কয়া লৈহৌরনি
নুমিৎ থানা লৈরিমথৈ
ইমা! নঙগী কলঙ্ক
মুথৎপা ঙম্নরোই কনানসু।

পূর্ণিমাগী থাজ মাগুম
ভারত মপুংয়াইদা ঙাল্লম্বা
পুরুষোত্তম মহাত্মাজী
মাঙখরেদো ঙসি তাইবংদগী।
ভারত্তা নহাকু্ম্না থাউমৈদি
অমুক হন্না ঙাল্লক্লরোই
লাইবক চাউবী পলেম
মহাত্মাজীদি হল্লক্লরোই
ইমাগী কলঙ্ক মুথৎপা ঙম্নরোই।

ঙসি ভারত নোংমদোন অতিয়ানা
লৈচিন নোংফাই থাংবদি
লিরি শিৎপা নামিবনা
থবায় শোক্না হুম্বদি
মহৌশা লাইরেম্বীনা মায়থোঙ লাংশিন
অবা শকলোন পুতুনা
হীক্না হীক্না কপ্পদি
পন্থৌ কায়না মৈচাক খাঙলিবরা?

পন্থৌগী কোলোইবু তারগা
ইমাগী কলঙ্কবু উরগা

অঙাং নাবা ওইরিবা
নপারি নমোমদি কয়ানা
মিৎলু তরং লাইজ শিন্থ
পন্থৌ তোয়না তোয়না কৌরিসে
অমুক্তা খুম্বীরম্মুগবা অপোকপা ।

পূকচেল চাউবা পন্থৌগী
চেংলৌ শকফম উজহৌদরে
রারক রাতেম রাহৈ কয়াস্থু
তাবা ফংজহৌদরে ঐহাক্তি
পন্থৌগী সেবাস্থু ফংজহৌদরে
থাপনা খুরুমজবা নত্তনা ।
পূকচেল তপ্লবী যমুনা
লাইবক ফৈদকো ইবেম্মা
চান্নবী নঙদি পুন্সী চূপনা
পন্থৌ সেবা ফংগদৌরিদো ।

ভারত্তদা নত্তেদো তাইবং থুংনদি
লেপ্পা লৈত' লাউরম্বা
শান্তি শান্তি শান্তি হায়নদি
তাইবংবু শান্তি ঈপাক ওলহনগে খন
অহিংসাগী শেংলবা লুরবা
আকাশ মপুংয়াইদা থোরুম্বা
থবানমিচাক অত্থুবো ধ্রুবতারা
পন্থৌ অপোকপা নঙ নত্তবরনে ?

জাৎ বিজাৎ খায়রমদবা
ঐগী মীপী নাইরমদবা

খুবাং চাংজো তরা লোম্ননা
পৃথী থূংনা শান্তি য়েল্লম্বদো
ঙসিদি যমুনাগী তোর্ব্বান্দা
পুন্সীগী য়াহিপ তানখরে
খুৎলাম তোয়না তোয়না কৌতুনস্থু
খুম্নক্লরোই খুম্নক্লরোই পন্থৌদো
ঙসিদি ভারত মপূংয়াইদা
থোকত্রে উদরে ধ্রুবন্তরাদো।

নত্তে নত্তে ঐগী রাখল লাল্লে
মহাত্মাজী হিংলি বাপুজী লৈরি
য়েংউ উরবরা পীরিসে শান্তি
মীপুম থুংনা অহিংসা য়েল্লিসে
মাঙখিবদি পন্থৌগী পোনগুম্বা হকচাংতনি
হৌজিক মাগী থরায় ঙইরিবা
শান্তি অহিংসা হিংলি
মহাত্মা তাইবংদা লৈরি।

য়েংউ ঙসি তাইবংপানবদা
মীপুম খুদিংগী থম্মোয়মুংদা
মহাত্মাজীগী আত্মানা চঙতুনা
থম্মোয় মরাঙ হৌহল্লিসে
য়েংউনে উরবরা মক্কপলোই
মৈরা চমতুনা থিনরিসে
তারবরা খোঞ্জেল ময়ামসে
শান্তি শান্তি হায়রতুনা কৌনরিসে

লাইরকোন্দা চঙহুনবু
তরেংগী মগুণ তাকলম্বা
শিল্লৈমনা তাইবংগী অথোইবা
পুন্সী শিনফমনি খঙহল্লম্বা
পম্থৌনা নাইবা লংলানা
একতা পরৈ তাহনা
হিন্দু মুসলমান অমতা ওইনা
পুল্লম্বহুবু মহাত্মাজী নঙ নত্রনে।

হিংসাগী পাঙ্গলতনা হিংজরম্বা
হিংচা য়াইতম্বগী পূকচেল চেল্লবা
তাইবংমীগী ঈত চূপচরগা পেনজবা
তমথীরবা মলেয জাতিবু
অহিংসা নীতিনা খুৎলাই ওই
মায়থীবা পীখিবা নীপাদো
মহাত্মাজী নহাক নত্রনে?

ভারত পোকপী পলেম ইমাবু
বন্দি য়োংহিল্লংদগী থাদোকলম্বা
অপঙবা ভারত মচাশিংবু
য়েক্ক লাংদগী কল্লম্বা
ভারত ভুমি মপূংয়াইদদি
অহিংসাগী পামেলবু থারম্বা
মহাশান্তিগী লাইজ ইরেলবু
তাইবং থুংনা খিকলম্বা
পুরুষোত্তম পূকচেল চাউবা
মহাত্মাজী নহাক নত্রনে?

সমাজগী চাউখৎপগী পল
শোক্নবা য়াবা য়াদবা
মীওইবগী অচৌ অপীক্কী
হঙোই তুক্কচরবা পূকচেল
পল পুন্নমক থূগায়ত্নুনা
হিন্দু মুসলমান মচিন মনাওনি
তাকলম্বা তম্বীহৈবা অত্নবু
মহাত্মাজী নহাক নত্রনে ?

শান্তিগী থৱামিচাক্ক ওইনা
ভারত অতিয়া মপুংয়াইদা
থোক্লম্বদো পন্থৌ অপোকপনি ।
ভারত্তা রামরাজ্য লিংখৎলম্বা
অহিংসা নীতি পৃথ্বীদা তাকলম্বা
মলেমবু মায়থীবা পীখিৰা
মীওই খুদিংবু মান্নবা থাক্তা থন্নম্বা
মীওইববু নুংশিবা তম্বীরম্বা পন্থৌনি ।
বাপুজীগী থৱায় তাইবংদা লৈরি
মহাত্মাজীগী শান্তি অহিংসাগী মঙালদি
তাইবংদা কনানস্থু মুথৎপা ঙম্লোই
যুগ যুগ কয়া ঙানখিনি
মুমিৎ থানা লৈরিমথৈ মালেমদা ।

ঙসি ভারত থাউমৈ ঙাল্লি
বাপুজী হিংলি তাইবংদা লৈরি
পন্থৌগী মাঙফম্রবা য়াম্বীরেলনা
পোনগুম্বা হকচাং থাদোকলম্বতনি ।

মতম অমদা মক্তম অমদা
ঙাল্লম্বা পুন্সী মৈরাদো
ঙসিনা তাইবংদা লৈরিবা
মীপুম খুদিংগী থম্মোয়দা ঙানখিবনি।
ঙসি ভারত থাউমৈ মুৎতরি
বাপুজীগী আত্মা হিংতুনা লৈরি।

ভারত লৈকোলগী নোংপোক ঙমখৈদা
চীক্লা লেম্না ঙাম্মোইরিবী
সনালৈবাক মণিপুর মণিপুর
পম্মোগী য়াবা খোঙ্জেলনগা
তামনা তামনা তাজবনে
শৈরেংগী থোঙদগা লাঈরকোন্দা পোকপনে
পলেমগী সেবানগা তৌজবা কুইদ্রিবনে
পম্মোগী চেংলৌ শক্তমনগা উজহৌদবনে
ফোঙদোক্লবগী পাঙ্গলনগা ৱাৎপনে
থম্মোয়নুংদা পানবগুম ইথোকপা ঙমজদ্রে
নমোমবুদি ৱাক্মৌবিগনুকো অপোকপা।

(১০৯)

## নুংশিখ্রবা পারী নাৱা

খোইয়ুম লাইও লাইনিংথৌ
লাঙ্গোন মুৱা নিংথৌ ইনিংথৌ
তরুং লাইরেম্মা ইবেম্মা তাবিয়ুকো তাবিয়ু
নশাইগোন্দা থোকখিবা নৱানয়াইগী ৱাথোকনি
থৌদোকনিকো থৌদোকনি।

অঙাং নাৱা ওইৱিবা
শমু খোঙথাং চুমদ্রিবা
য়াঙ্গোই খোঙচৎ তমদ্রিবা
তাইবং মীৱোন শুদ্রিবা
শামা পাঙ্গল চাউদ্রিবা
পারি চাউবা লেপফাদ্রিবা
নোংয়াই শাংবা লেপতমদ্রিবা
পারি ইবুংঙো নুংশিবা নঙবু
পলেম মথাদই শেৎনা খাইনা পুখিবা
পাম্মুইদকো পাম্মুইদা।

নীংঙমদা খাম্বী মৈনা চাক
পলেম অপোকপী মানদি থিজরুই
মপারি নাৱা নুংশিবদো হংজরুই
খম্মুং কিকোই লৌওনবী মকাদা—
কিকোই নঙবু লৌওনবী
পুকথেম হৈবী লাইরেম্বী

ইপারি চাউদ্রিবা মাবু
থেমহুনা পুবিবরা নঙনা
পারি কৈদা লৈবগে
তাকপীয়ুগবা মমা ঐঙোন্দা।

য়াৱা পাউমেনবিরকই
খন্নুং কিকোই লৌওনবীনা—
ইতা ইবেম্মা মুংশিবী
নপারী কায়না মৈশা লাংলবী
ঐদি নপারিবু উদেদো
নপারিবু থেমহুনা পুদেদো
নপারিবু পুদেনে চান্নবী
ৱারৌ পুকলৌ তৌবিন্নুকো।

নীংঙমদা খাম্বী মৈনা চারুবী পলেমদো
খোঙৱাইরক্লে থোঙাক লাইরেম্মা
লাইজ ঈরঙলিবী মকাইদা
য়াৱা পাউহংজরকই পলেম মানা—
হাদা থোঙাক লাইরেম্মা
ইমা ইবেম্মা নঙবু খৌজালহৈবী
নঙগী নরান শংলেনয়াইদা
ঐগী ইপারি মুংশিবদো
নাৱা খোঙদোই ৱাইরকপরা
লাইজ ঈখৌ লাংলবরা
তাকপীয়ুদা নমোম লাইবক থীবিদা।

লাইজ ঈরঙলিবীনা চিঙোই পাউমেনবিরকই—
ইমোম ইবেম্মা মুংশিবী

নপারি চাউদ্রিবা নাৱাদো
নাৱা খোঙদোই ৱাইরক্তে
নাৱা চেংলৌ উদেদো
ৱারোগন্নুকো পলেম নমা ঐবু।

নাৱা পোকপী পলেমদো
পেন্দ কৌবনিনা মপুক্তো
পাংলকই মবম লমলেন খোঙহামপাৎ
শিংগুম মীয়াম চাইথলম
শমু খুনীং কাঙ
খুবাংগী লাইখন তা
য়েংলকই থিবকই
মপারি য়াওববা নাৱালক্লা।

অৱাবনি অৱাবা অৱাবনি
অৱা খাম্বী মৈশা লাংখিদ'
মপারি থিবা ফংখিদৱে
মপারি উখিদৱে
তাইবংসিদা মপাবি থিবা ফংখিদৱে
কৱিগী অস্নুক মপোক থীবনোবো
কল্লকইদ হো কল্লকই।

কায়না ফিজং মকমদা
অশি খোঙগী খোঙজিন্দা
'পলেম অপোকপী মানদি
ধম্মোয় খাম্বী মৈহৌনা
মপারি শেংন খাইনা কায়নবদা

তিনস্ত্রোক য়াংদৌ চোংবগুম
মপারি মশক উদ্রবদা
মালেম লৈকংথক্তা চোংতুনা
কাংক্রুম থরো শানা
তেংথা নাওইব অসিবু
য়েংঙমদ্রেদকো য়েংঙমদ্রে
খাংঙমদ্রেদকো খাংঙমদ্রে।

(১১০)

# য়োকখৎসি উমং

থাসি উপাল য়োকখৎসি উমং
কুমৱ্ কাংদনবা নোংজু মৱাঙ কায়নবা
চাথোক ফৌথোক হেম্নবা।

নোংজু ৱাংলবদি চাথোক ফৌথোক ৱাংপনে
কুন্দু কাংলবদি মীয়াম প্রজা ৱাবনে
কুম কাংহুনা নোংজু ৱাংলিবসে
করিগীনো থিয়ুনে করিগীনো খঙঙ্নে।

ইনিলদি, ইনিলদি উমংনা ফাবনে
উপাল য়ান্থোক্কুনা উমং কোকথোক্রবদি
ইনিল মাঙথিবনে ইনিল নৈতবনে
ইনিল ৱাংলবদি নোংজুসু ৱাংপনে।

নোংজু মৱাঙ কায়হনগে
চাথোক ফৌথোক ৱাংহল্লোই
কুন্দু কাংহন্দনবা নোংজু মৱাঙ কায়নবা
য়ান্থোক্কনো উপাল কোকথোক্কনো উমং
য়ান্থোক্রবসু অমা থাণ্ডিল্লুনে অমা।

(১১১)

# শংলৌ মথেল

চৎসি চৎলু চেন্না চেন্না চৎসি চৎলু
লৌবুক্তুবু কুমলুসি
শংলৌ মথেল থিকুসি॥

পেরুক্কপু ফোইরুসি
য়েল্লাং কেডোই হেকলুসি
কৌথা কৌথ্রুম কৌবাক লেম্ফু
ফংলবসু তাল্লকসি ঙসি নোংমগী
শংলৌ মথেল শুইনবা

মথংদা কাসি লোইবী চীংদোংবু
থিকুসি উহয় হেকলুসি উহয়
চাসি পেন্না।

ঐখোয়না পামেল উপালবু কাত্নুনা
অমুনবা হৈরাং
হৈরিৎ হৈমাং তক্কা হেকলক্কে
পুরকপা য়েন্দাই লাইতংবু থন্নবা।

ইনাও মচা! হো ইনাওমচা!
নখোয়না থিয়ু হৈজ্ঞামপেৎ
কদায়দা হৌরিবা
কদায়দা পাল্লিবা থিয়ু
অত্নুগা হেকলকউ ফিগাওবু থন্না।

ইচে! হো ইচে!
ঙাইখো ঙহাক্তা ঙাইখো
য়েংউ উন্নবন্না
আদগী‌সে উরবন্না পাল্লিসে?
অং উরে উরে
হৈত্রোই অমুনবনে হৈত্রোই অমুনবা
অসি হান্না হেকখিসে
অসি হান্না।

(১১২)

# উখি চেক্লাচাদো নোংমা

উখি চেক্লাচাদো নোংমা
লাকলো পাইরকলো লাকলো
চেক্লাচাদি মুংশিবী মুংশিবী।

থোংনাও মপাদা থোকই
চেক্লাচা নঙনা পাইরকপদা
খামগে খন— হুংনীংবনি
নঙবু করম পাল্লি।

অত্তুবু লেপলমদরে চেক্লাচাদো পাইখরে
চেক্লা শাখপ তোয়না তামখরে
ঐগী মিৎয়েংগী রাংমদা।

(১১৩)

# হোঃ শঞ্জেনহা

হোঃ শঞ্জেনহা কদায়দনো নঙবো
কদায়দা লৈরিবা নঙবো ॥

লৌকোন্দা চঙলে শনয়াম
লৈতরে ফৌ চরোং অমতা
চাগ্রে চাথোকখরে ঙম্না।

শঞ্জেনহা করি তৌরিবনো
কদায়দা লৈরিবা নঙবো।

মাঙগী উখাগী উরুমদা
লৈরমলে শঞ্জেনহাদো
খোমলেন মিকপ তান্দুনা।

(১১৪)

# কনানা থাবনো করিগী হৌরিনো

কনানা থাবনো করিগী হৌরিনো
কনাগী পাল্লিনো কনানা থাবনো
খুৎলাম তোয়না কৌরি
হন্না হন্না হায়রি
হেকলো লাউ চারো লাউ
অঙাং নাবা নখোয়গীনে ॥

পরেং পরেং হৌরিবা
মতুম মতুম পাল্লিবা
ঙাংশং ঙাংশং ঙাঙবা অবাথবীনি
নাপু মচু মানবা উহয় চারবদি
মিংকী লায়না পক্তবনে পক্তবনে
হেকলো লাউ চারো লাউ
অঙাং নাবা নখোয়গীনে ॥

মনা পুংবা হৈনৌনি
হুকচাং ফবা উহয়নি
মতুম মতুম য়ান্থরি
মুনত্রিক মুনত্রিক মুল্লে
নাপু মচু মানবা উহয় চারবদি
মিংকী লায়না পক্তবনে পক্তবনে
হেকলো লাউ চারো লাউ
অঙাং নাবা নখোয়গীনে ॥

(১১৫)

## পলেমগী খোম্লাং

পলেম ইমাগী পিবুকন্থুংদগী
হুংঙা খোঞ্জেল খোম্থোক্কা
মালেম লৈদা খোঙদারকপগা
পলেম খোম্লাং কৌজবনিদো
পলেম মাগী খোম্লাংতনা
লোইদাম থাবুম কয়াবু হিংজরকপনি।
শঙ্গোমদি মপুং ফাবা চিঙ্গাকনি চিঙ্গাক
মচল শুবা মথেলনি মথেল
হায়রিসে কাউফদরবা লাইবানিকো লাইরা।

(১১৬)

## চিঙ্গাক

চাসি অফবা চিঙ্গাক মচি ওইবা চিঙ্গাক
চিঙ্গাক্না থবায়নি চিঙ্গাক্না পুন্সীনি।
থাসি হৈপাল হৌহনসি উহয় ৱাহয় ফংনবা
কোইসি ইংখোল অশংবা মনা মশীং ফংনবা।
লোইসি য়েন য়েনশা য়েরুম ফংনবা
নাওপুবিদা পীজরসি অঙাংশিংদা পীজরসি
চাজেনবিদা পীজরসি
চিঙ্গাক্কী অৱাৎপা লৈবনি মখোয়দি
অৱাৎপা লৈবদা মতেংবু পীরসি।

(১১৭)

# নাৱানি পলেম তম্পাকথক্কী

পারি চাউদ লাঙ্গোল্লৈ
মমোম নাৱা নুংশিরৈ
পম্বৌ হুমাং হন্দোকফম
পলেম অৱা পোৎথাফম
নাৱানি পলেম তম্পাকথক্কী।

পলেম মিৎস্না থম্বালনা
খোয়থুম্না থম্মোয়না
য়েংলি চুপলি নুংশিনা
আশাগী ময়োল ওইরিবা
নাৱা লৈরাংদা তম্পাকথক্কী।

পলেম নুংশি মায়থোং য়েং
পারি মমোম চোংজরি
থম্মোয় মকা লামজরি
নুংশি মঙলান মোমোন্না
পাউখুমলি নাৱানা তম্পাকথক্লী।

পলেম নুংশি তম্পাকথক
নাৱা মঙলান মঙনফম
পুন্সী খোঙচৎ খোঙহৌফম
করম হায়না কাউরসিগে
নাৱানি পলেম তম্পাকথক্কী।

(১১৮)

## খোল্লাও নঙগী তাদনবা

নোংমদোন অতিয়া মকোয়দা
মপৈ মপৈ পাইরিবা
লংত্রিক লংত্রিক ঙাল্লিবা
ঙুরুং ঙুরুং ঙংলিবা
খোল্লাও নঙগী তাবদা
কয়াদা ঐনা কিখিবা।

নঙবু কনানা শেম্বনো
পোইরৈ কৈদগী পাইরকপনো
কোলোয়না করি কৌবনো
নঙগী নঙান্দো ঙাল্লিকো
নঙগী খোল্লাউদো হৌইকো
নঙবু ঐদি কিজ্জেকো।

লংনা লংনা ঙান্দুনা
ঙরং ঙরং ঙংলদি
ঐদি তাবা ঙমদেকো
লৈরগে ইমুংদা ফমদুনা
খাঙলগে মেন্দুনা নাকোংসে
খোল্লাউ নঙগী তাদনবা।

(১১৯)

## বালৰাদি

নুংশিজৈ বালৰাদি নুংশিজৈ
ঐখোয়গী বালৰাদি নুংশিজৈ ॥

নাৰা পুন্সী খোঙহৌফম ওইবা
নাৰা পুন্সী কায়দোংফম ওইবা
নাৰা লৈরাং লৈশাংফম ওইবা
বালৰাদি বালৰাদি বালৰাদি

পাৰি চাউদ লাঙ্গোল্লে
মগোম নাৰা নুংশিরৈ
চংসি চংলু বালৰাদিদা
লৈরাং লৈশাং তম্নবা
চংসি চংলু বালৰাদিদা
মপোক মহয় য়ান্নবা ।

পলেম নুংণি তম্পাকথক
নাৰা মঙলান মঙনফম
পন্থৌ পাম্মু লেংবানথক
নাৰা পুন্সী কায়দোংফম
নুংশি-নুংশি পাম্মু-পাম্মু থাদোকলম
নাৰা খোঙদোই হুল্লকই
পাংলকইদো নাৰা শিন্দমশঙ ।

# তনিক তনিক থোকলি

তনিক তনিক থোকলি
মণি মতুম মানবা থবানমিচাক
শংবান্নবা নোংদোন অতিয়াদা
—থবানমিচাক

অহীং চুপ্পা ঙাল্লিবা
লাপ্পা লাপ্পা লৈরিবা
হোঃ লাপ্পা লাপ্পা লৈরিবা
নঙবু উবদা ঐনা কয়াদা ঙকখিবা।

নুমিৎকী মৈচাক মঙান লৈত্রকান
অতিয়াদা ঙানবিনবা কনা লৈত্রকান
নঙনা উৎলি নঙগী নঙান
তথক তথক।

অতিয়া মপুংয়াইদা
নিংথৌ তুরেল ঈপাক্তা
নঙনা ইরেংইবা উবদা
ঐনা কয়াদা য়াওনীংবা।

(১২১)

# উরবরা লৈকোলগী জগোয়সে

উরবরা লৈকোলগী জগোয়সে
শাংকায়রে ফুগাইনা য়েংউনে উরবরা
ফজবী লৈরাংশিংনা জগোয় শারিসে
শকহেনবী পোম্বীসু ঈশৈ শকলিনেসে।

উনা পুংবা উপাল হৈনৌ বোকুল
পোম্বী চেক্লাশিংগী নুংশি খোঞ্জেল
কয়াদা ফজহল্লিবা কয়াদা নুংশিহল্লিবা
মালেম খুঙ্গং খুদিংবু।

লৌবুক লমহাং ফজরে নুংশিরে
লৈরক খুল্লক নুংশি খোঞ্জেলতা মতাম্রে
য়েংঙু উরু খুদিং ইনৌত নৌখরে
কবিগী অম্বুক থম্মোয় মুংঙাইহনবা
হে ঋতু নিংথৌ নহারু।

(১২২)

# মালেম ইঁরৈমগী মমোমলোয়

মালেম ইরৈমগী মমোমলোয়
লাইজ ঈরোলমুংদা পোকচবী
ইরেলথক্তা চাউজবী ঈথামুংদা য়াত্তাবী
তাইবং থবায় ওইরিবী
ঈশিংচাদি লেমলৈও
তাইবং মিতম লেমলৈও
নঙবু য়োকপা নঙবু থাকপা
তাইবং ইথৌদাংনিনে ইথৌদাং।

তাইবং থবায় হিংজগে
লনগী লনগৈ থনজগে
ঙাগী ঙারুক চোনজগে
মুংঙাই মরাঙ কায়জগে
খল্লদি কংলৈচা খুদিংনা
লেমলৈ ঙাবু য়োকসি
ঙা ঙা ঙাবু য়োকসি
তাইবং থবায় মিরেল লেমলৈ ঙানে
তাইবং মিতম লেমলৈ ঙা কাউগনুসে।

(১২৩)

# মিংচৎ

থাউনা লোইখ্রগা
মুৎখি অঙানবা থাউমৈ।
ঈংলবা থাবলগী মঙালস্তু
মাঙখি নোংমদোন লৈচিল্লক্তা।
নীংথিবা ফজবা শক্তম
উৎ ওনখি মৈতালনা ব্রাখৈরগা।
হক্কা ফজরবা ফুরা দলান
লুপখি মতমগী ইরোলন্নুংদা।
থম্মোয়গী য়াৱা কয়া
কাউরকই অস্থম তাদ্রগা।
থৱায়না হকচাংবু থাদোক্লম্লবদা
মীওইবনা কাউখি মীওইববু।
নীংখায়রকপা মন্থরকপা
মুৎখি মাঙখি তাখিবা
তাইবং হৌনশা খোঙচৎনি।
অফবা থবক্পা
মিংচৎ উৱোং খিল্লম্লদি
মীওইবনা মীওইববু কাউগদরা।

(১২৪)

## ঈশিংগী পুন্সী

করক করক চংলে লৈক্রেক চংলে
পুমকং কংখরে লাইজ লৈতরে
হাহাকার লাউনরে মালেম মালহৌনরে
তাইবংনা থিনরে ঈশিং ঈশিং।

তেংবান মপু রারে নোংজথা কৌরে
ঙরং ঙরং ঙংলহুনা লাকলে য়োরকলে
চুবে চুথরকলে নোংনা রা রা
পুথ্রি পাং ভুবেল পারে পাথোকলে।

উস্থ রাস্থ ইশং শ লে অনৌবা মযোল চোংলে
চীং নাল লৌবুক লমহাং শংনান্নরে
তাইবং পুন্সা নু ঙাইরে ঈংলে পোংথারে
তেংবান মপুদা খুকমজরে খুংলোম্ননা।

মপু মাগী শিন্থা কায়বা য়াদে
কোরৌ অকনবা মৈশা পাঁথোক্লে
লাইজপুন্সা কৌখংখরে নোংদোনগক্তা
ইনিল ওই পাইখংখরে লাইজ।

পৃথ্রি পাং লৈতেংলম্বা লাঈজদো
লৈচিন শক্তম লৌখরে হৌজিক্কি
মভুম মভুম মপৈ মপৈ পাইরি
অতিয়া শীম্না থুংনা পাইরি চংলি।

অমুক হল্লকলে লাকলে নোংজুথা
লৈচিন পুন্সা শকওল্লে নোং ওইরে
খোঙদারক্লে মালেম পৃথ্বীথক্তা
পৃথ্রি পাং তুরেল ঈহাপলে।

(১২৫)

# হে ঈশ্বর ইবুংঙো

হেঃ ঈশ্বর ইবুংঙো ! তাইবং শেম্বা মপুও
পীকলিবা তাইবং মীরোল খঙদ্রিবা ঐখোয়না
থুবাং চাংজৌ তরা তরাবু লোন্নবা
খুরুমজরিদো নহাকপু ।

হেঃ ঈশ্বর ইবুংঙো ! তাইবং শেম্বা মপুও
পীনবিয়ু শিন্থা নপারি নমোমদা
খুজেং পালোইননা লমজীংবিয়ুকো
তাইবং মপোক্তা মীথোই মীহেনবা ওন্নবা ।

হেঃ ঈশ্বর ইবুংঙো ! তাইবং শেম্বা মপুও
পীনবিয়ু শিন্থা নপারি নমোমদা
পলেমগী খোম্লাং লমনবু শিংবা ওন্নবা
পন্থৌগী হুমাংমন লমনবু শিংবা ওন্নবা
পোকুফম লমদম ইরৈবাক্কী সেবা ওন্নবা ।

